# ডাইঅলেক্তিকেল মেত্যিরিএলিজম
# কেপিতেলিজম অমসুং সোসিএলিজম

ইবোপিশক

অকোংবা
মার্ক্সিষ্ট পব্লিকেশনস, ইম্ফাল—৭৯৫০০১

অহানবা কোংব', ১৯৮৫

মমল লুপা ১৬/-

---

নম্লম
নাহৈরাকপম মধুসূদননা
দীপদম প্রীন্টরস্ এণ্ড পব্লিশরস
পাওনা বাজার, ইম্ফাল—৭৯৫০০১ নম্বা।

# ৱাহৌদোক

● মালেম অসিদা য়েংবদা পুক্লিং হৌরবা কুড়া দলাম, কল-কারখানা ঐ.খায়না উব ক লে। হায়রিবা কুড়া-দলানশিং অসি সাই-ন্টিফিক ৱার্করস অমসুং মেন্নুয়েল ৱার্করশিংগী হুমাংতনা শাখিবনি। অদুবুদি ওইরগা য়াম্না ৱানা শুক্তিবা শিন্মীশিং অসিনা নৈতক-লাইর খাংহুনা, অনম অহা চুহুনা ৱানা মতম লেপ্লিবসি করিগীনো? হংবা ৱাবা ৱাহংনি।

● অদুগা অতোপ্পা ৱাফম-অমনা ঈনাক কৈরাক থুনবশিংনা থরাই তানা চঙ্জবিবা মরেক মহাও নৈরবা কৌ-চেংশিং অসি লৌ-মীশিংনা নোংজু-পম্বাদা, নৈখোন নৈনা মরক্তা লৌবুক্তা ৱানা থাজবা নত্রা? অদু ওইরবদি মখোয়না তুনায় চজিক-চাহুনা করিগী ৱানা পুন্সি লেপ্লিননো? খুম্বদা ৱারবা ৱাহংনি।

● ঐখোয়না নিংশিংনা ৱাই,—মদুদি লাইরবশিং অসিগী ফিভম অসি মতৌ করম্না ফগৎহনগদগে অদুগীসু মথক্তা মী অমনা মী অমবু তুহৎ-নৈহৎপদগী করম্না কোকহনগদগে হায়বগী মম্তাংদা মার্ক্স, এঙ্গেলস অমসুং লেনিননচিংবনা মখোয় মপা মশাগী পুন্সি কখোকশি হায়বসিসু ইতিহাসনা শাক্ষিনি।

মরম অদুনা মী পুম্নমক্কী মরু ওইনা লাইরবশিংগী ফিভমগী লন ওইরিবা মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী ফিলোসোফি অসিগী পোমীৎ থরদং মণিপুরী লোন্দা ইপোকচবনি। মরু ওইনা লাইরিকসিগী মচাক্তি Mau-riceCornforth কী Dialectical Materialism, A P Shep-tulin গী Marxist-Leninist Theory অমসুং Karl Marx কী Capital. Vol. I, দগী ৱাহৈ থরদং খোমজিল্লগা মীয়ামগী মফমদা লাপ্থোকচবনি। লাইরিক অসিবু ফগৎনবা অকবা পাউত্তাক পীবিরকনি থজি।

অরোইবদ লাইরিক অসিবু মওং তাহনবদা মতেং পিবিখিবা প্রেসকী ৱার্করশিং অমসুং শ্রীশান্ত, শ্রীসরত অমসুং শ্যা মকহ্নাই মখোয় ময়ামগী মফমদা থাগৎচরবা লম্মন তোনশিল্লবনি।

মার্ক্সিষ্ট পব্লিকেশনস

## অহানবা শরুক

# ডাইলেক্টিকেল মেত্যিরিএলিজমগী নৈনরোল

## অনিশুবা শরুক

## কেপিতেলিজম অমসুং সোসিএলিজম



---

# ডাইঅলেক্তিকেল মেত্রিয়েরিএলিজমগী নৈনরোল

## (১)

## ফিলোসোফি ( Philosophy ) হায়বসি করিনো ?

মালেমসিদা মীওইবমা হিংচনা লৈরক্লিবা অসি চহি লীশিং কয়া কয়াগী য়ানি। অন্নুয় হিংলকপসিদা মী কয়া অমা লৈরোন চনগ্রে, মী কয়া অমা হিংচনা লৈরি। মীওইবশিংনা সংসার অসিদা করম্বা ফিভমদা হিংলিবগে অদুগা মখোয়গী লাইবক্তা করিনো হায়বন-চিংবা চাওয়েং য়েংলিবা অদুবু ফিলোসোফি হায়না মহৌশানা থংনৈ। মী থুদিংমক মাগী মাগী ফিলোসোফি লৈজে। থুদম ওইনা মী খয়না খল্লি মছুদি —হন্দক্তী মপোক্তী সংসার অসিদি করিম্ব কায়জে; চয়া নাম্মত্তা চায়ে, ভোরাং ফক্তা ওয়ে; সংসার অসি পীয়াংতনা থয়ে। অদুনা হন্দক্তী মপোক অসিদা য়ারিবা অসি হয়েংমুক্তী মপোক্তা থয় কগৎপা সংসার অমদা পোক্লনবনি হায়না খল্লে। মসি ফিলোসোফি মখল অমনি।

ফিলোসোফি অসি কুপ্না য়েংলুরবদি কাওলুপ নাইবা ফিলোসোফিনি। মতম চুপ্পদা কাওলুপ নাইচনত্তা লৈগনি। ফিলোসোফর কয়া কয়ানা কাওলুপ নাই হায়বসি মপাল্লোংদা য়ানিংত্রবম্ম অচুম্বা অচুদি হোংহনবা ওয়রোই। মরমদি পৃথিবীদা লৈরিবা ফিলোসোফিশিং অসি অঁতৈ অত্তোপ্পা গ্রহদগী পুশিল্লকপা নত্তে। পৃথিবী অসিদা লৈরম্লবনি অমম্মং লৈরিবনি। মখোয়না মখোয়না নেংলিবা মালেম অসিদা ফিলোসোফি কয়া পুথোকই। ফিলোসোফি অসিনা মীয়ামবু মশানা য়ানিংবা নত্রগা য়ামিংদবা থিদনা তাওহনা চৎহল্লি। মরম

২

## ডাইঅলিক্তেকেল মেটিরিএলিজমগী নৈনরোল,

অতুনা ফিলোসোফিশিং অসি কাংলুপ কাংলুপকী ওইজবা থিকা হাপচোনা থম্বনিনা মখোয়গী মরক্তা য়ুকখাইজবা হায়বসি খোঙজবনি।

মমাংদৈগী ফিলোসোফিশিং অসি অয়াম্বনা মরাক্তা হায়নরিবা লাইরিক লাইঙ্গু-খৈরবা মাইতোং থমদোংবা কাংলুপকী মুহৎ-নৈহৎ-নিংবা অমদি মী অতৈগী মপাক্তলবু শুমজুনা চানিংবা মীয়াং অমগী মথাক্তা হুতৎ-তৎতনা য়োৎই অমসুং থবক ওইনা পাংথোকই। ফি-লোসোফিশিং অসি মীচা মীখাই নাই, অচুম্বা নক্তে হায়না লৌই।

মুহৎ-নৈহৎনিংবা কাংলুপ্তা লুচিংবা মমাক খুদিংমক্তা মথা মথাগী অপোংবা ফিজম অমসুং পচ্চুংফমশিং অদু লোংশিল্লে হায়রগা অমদি অচুম্বা নৈপংক্লাগ্নি হায়রিজগা মথা মথাগী কাংলুপকী ওইজবা থিজনা লৈ। খুদম ওইনা থাম্নগী অফাউবা ফিলোসোফর এরিস্তোতল (Aristotle) না হায় মতুদি মীনাই লোইবগী মওং অসি মহৌ-শানা মীনাই ওইনা পোক্লকই, থরনা মপু ওইনা পোক্লকই। ফিউদেল-লিজম (feudalism) হায়বদি লৌয়াম চাবা খুমাইনা কপ্পা চাওখৎ-লিবৈগী মতম অদুদা অফাউবা ফিলোসোফর থোমাস একিনাস (Thomas Aquinas) না হায় পৃথিবী অসি ফিউদেলগী অপুম্বা চৎনরোল অমনি। মরাম অসিগী মতম্তা লাইগী লাইরেম্বী নরানা ক্রোয়শিল্লবা ঈশ্বর অমা লৈ। মথাক্তা হায় ঈশ্বর লৈতনা করিগুম্বা পোৎ অমত্তা লৈরম্বা য়াদে।

ব্রিটেন্দা মক্ক ওইনা কেপিতেলিজম লাকপদগী শেংলাও তানবা ফিলোসোফি হায়বদি কেপিতেলিষ্ট-ফিলোসোফি অসি লাকপদগী পৃথিবীদা লৈরিবা মীওইবা খুদিংমক অসি মনিং মথা ভুম্বা তোঙান তোঙানবা 'human atoms' শাক্তনি হায়। ফিলোসোফি অসিনা ময়েক লানা উৎলি মতুদি শিল্পীশিং অসি থবক শুনবা নৈবনি অদুগা কেপিতেলিস্তশিং অসি পৈশা পুখোক্লবা অদুগা শিল্পীশিংগী

## ডাইঅলেক্তিকেল মেত্তিরিএলিজমগী নৈনবোল

In dialectical materialism, wrote Engel, "the materialist world outlook was taken seriously for the first time and was carried through consistently.........." "For, it was resolved to comprehend the real world—nature and history—just as it present itself to everyone who approaches it free from pre-conceived idealist fancies." [১]

## মেত্তিরিএলিজম অমস্যুং আইডিএলিজম :—
## ( Materialism and idealism )

মেত্তিরিএলিজমগা আইদিএলিজমগা মত তিয়দে। পোৎ ( matter ) অমস্যুং রাখল ( idea ) অনীসি করম্বনা হাপ্লি হায়বসিগী মতাংদা মখোয়না পীবা পাওখুমগী মতুং ইন্না ফিলোসোফরশিংগী মরক্তা নাপাক অনী থোক্লা তারক্লনা লাকই। নাপাক অমবুনা মেত্তিরিএলিস্ত কৌই মরমদি ডাইবংপান অসিদা লৈরিবা থুদিংমক পোৎ ডাকুনি, পোৎনা রাখলদগী হাপ্লি হায়বসি মখোয়গী ফিরেপ্নি। আইদিএলিজমদা থাজবা নাকপাক অদুগী মত মতুং ইন্না রাখলনা পোৎতগী হাপ্লি। মসিগী মথক্তা মখোয়না সুপর নেচরেল ( Super natural ) গী শক্তি অমদা থাজে। মখোয়না স সার অসি মখল অনি থোক্লা থায়দোকই। অমনা মখোয়না হৌজিক হৌজিক উরিবা, লৈরিবা মেত্তিরিএলগী সংসার অমা, অতোপ্পা অমনা সুপর নেচরেলগী

[১] Engels : Ludwig Feuerbach, Chapter iv

## ডাইঅলেক্তিকেল মেতিরিএলিজমগী নৈনরোল

সংসার হায়বা অসিনি। অদুগা মার্ক্সিজমনা লৌরিবা ফিরেপ্পা অশেংবা মেতিরিএলিজম অদুবুনি।

পোৎশিং অসি খংননবা হোৎনবদা মেতিরিএলিস্ত অমসুং আইদিএলিস্তশিংনা করম করম্বা মীৎয়েংদা থম্লবগে হায়বদু খংননবা মখাগী খুদমশিংসি য়েংবা তাই। খুদম ওইনা, নোংমুংশিং চৌরে হায়না লৌরসি নোংমু শিংদুগী অখাক অরাও থোক্লে। আইদিএলিজমদা থাজবা কাংবুনা অখাক অরাও তৌরিবা অসি ঈশ্বরনা শাওদুনা মীওইববু রাংহল্লিবনি হায়। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা থায়নগী মেতিরিএলিস্তশিংনা হায় মদুদি অখাক অরাও তৌরিবা অসি নৈচিনা য়াওরিবা পোৎ মচা মচাশিং অদু থেঙ্গাইনদুনা তৌরিবনি। হৌজিক্কী মতমগী লাইরিক লাইও নৈহরবা মীওইশিংনা মেতিরিএলিস্তনা পিরিবা ব্যাখ্যা অসিবু থাজে।

অতোপ্পা খুদম অমগা য়েংসি। হৌজিক্কী সমাজ অসিদা খরনা লাইরে, খরনা ইনাক খুল্লি। করিগীনো? মরু ওইনা লাইরবশিংনা হংডি—ঐখোয়না লাইরদুনতা নৈরিবসি করিগীনো?

চুনদ্রিং য়েংবা আইদিএলিস্ত খরগী মত মতুং ইন্না অম্মুক্ত খিন্দুনা ডাকই, মদুদি, মী খববুনা ইনাক খুংহনবা অমগা মী অয়াম্বনা লাইরহনবা হায়বসি ঈশ্বর মাগী অনিংবনি। অদুগা ওয়-য়েৎ খোনবা আইদিএলিস্ত খরগী মত মতুং ইন্না মী খরনা চেকশিল্লি, উশিনবা হেল্লি, নোম্বা হেল্লি, ইনাক খুনগংলকই। অদুগা অয়াম্বা মীনা চেকশিনদে, পঙই, তল্লি। মরম অদুনা ইনাক খুনবা লাইরবা থাইরিবা অসি পোকপদগী য়াওরক্লবা মীওইবশিংগী পুক্কিংগী রাখল থেন্নবননি। রাকম অসিদা মেতিরিএলিস্ত কাংবুনা হায়রিবনা সমাজ অসি খরনা ইনাক খুল্লি মরমদি মখোয়গী মশাগী লম নৈজে, পোৎচৈ পুখোল্লবা থুংশু-খুংলাই নৈজে। লাইরবা কাংবুশিংগীদমক্তদি

## ড ইঅলেক্তিকেল মেত্রিয়রিএলিজমগী নৈনরোল

মশাগী লম নৈজদে. পোৎ-চৈ পুথোক্লবা থুংগু-থুংলাই নৈজদে। মথোয়দি থুংগুমন্নুনা াহ্‌ংজবনি। মথোয়না ফনা কম্না গু-নোমছুনস্নু লাইরছুনা নৈ, শিদে হায়বদা থাকই।

নোং গুংশিং তোৌরকপ্যা মতমদা মেতিরিএলিষ্ট কাংবুনা ষজ্রনা ভারকপদগী কন্ননবা ফুড়-দলালশিংদা lightning conductors হাপচিল্লি। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা আইদিএলিষ্ট ফিলোসোফিদা থাজবা কাংবুনা নোংথাং কুপ্পা অসিদা য়েংছুনা নৈ, ঈশ্বরদা ভক্তি তৌছুনা থাংঙি।

আইদিএলিস্ত ওইবা ইনাক থুনবা মী ওইশিংনা মথোয়গী অহেম্বা, মুংঙাইবা ফিভম অতুদা সুংঙাইজনা পোকচৈ। মরক মরক্তা দান, থরম্নু তোৌথোকই অতুগা লাইরবা কাংবুনা লাইররিবা অসি ঈশ্বরনা পীবা দথিনি, থাংবা তাই হায়। হায়রিবা অসি আইদিএলিস্ত কনসেপশনি। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা মেত্রিয়রিএলিস্ত কনসেপশন নৈবা কাংবুনা মতম চুপ্পদা অচুম্বা অওনবা অমা পুরক্লবা হোংনজৈ।

শম্না হায়রবদা মেত্রিয়রিএলিজম অমসুং আইদিএলিজংগী মতাংদা এঙ্গেলসনা অসুম্না ইরম্মী।

"ফিলোসোফি পুম্নমক্কী মরু ওইনা মোদর্ন ফিলোসোফিগী অচৌবা ৱাহংদি মসিনি মতুদি ৱাথলগা অমসুং নৈরিবা ফিভম অসিগা করি মরি নৈনবগে? ...... ...... ফিলোসোফর কয়া কয়ানা পিরকপা পাউথুমগী মতুং ইন্না ফিলোসোফরশিং অসি নাকপাক অনি থোক্লা থাইদোকপা য়াই। নুং-ঈশ্বর অসিনচিংবা অসিনা মরু ওই, মথোয়না প্রকৃতিদগী হাল্লি, মরম অতুনা মমৈথংদা মালেম অসি ঈশ্বরনা মওং অমা নত্রগা মওং অমদা শেম্লকপনি হায়না থাজবা কাংবু.......... অতুবু আইদিএলিজমগী কাংবু লায়না লৌই। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা

## ডাইঅলেক্তিকেল মেত্তিরিএলিজমগী নৈনরোল

প্রকৃতিনা মরু ওইবনি অমসুং হাপ্লি হায়না খল্লিবা কাংবু অহুবুনা মেত্তিরিএলিজমগী তোঙান তোঙানবা কুলশিংগী মসুং চল্লি। [১]

আইদিএলিজম অসি য়াম্না কুপ্না খিরুরবদি ধর্ম্মগা য়াম্না নক্লে। লেনিন-না অশুম্না ইরম্মী— "Idealism is clericalism" [২] আইদিএলিজমদা থাজবা কাংবুনা অন্ধবিশ্বাসনা থল্লবা অমদি অঙকপা, খংদবনা থল্লবা সুপর-নেচরেল ওইবা শক্তি অমদা থাজে। মীওইবনা খংবা ঙমদ্রবা শক্তিশিং অসিবু ভুত-প্রেত অমসুং লাইশিংনা থোকচনবনি হায়না থাজনৈ।

আইদিএলিজম লোইনমক অমদি ধর্ম্ম লোইনমক্তা সংসার অনি থোকই। লাইশিংনা: লৈবা লৈবাক স্বর্গ হায়বা অমা অহুগা মীওইবশিংনা লৈবা মেত্তিরিএলিস্তগী সংসার ( world ) হায়বা অমা। লাইয়ামশিংনা লৈবা স্বর্গগী লৈবাক্তা মীওইবনা লৈরিবা জগৎ অসিদগী চাওবা হেল্লি। আইদিএলিজমদা থাজবা কাংবুগী মত-তা পৃথিবী অসিদা লৈরিবা মী-পোৎ খুদিংমক অসি ভগবান মাগী স্বরূপনি; মাগী মায়ানা জগৎ পুম্নমক অসি কুপশিল্লি হায়।

মেত্তিরিএলিজমদা থাজবা কাংবুগীদি জগৎ অসি অনি থোক্তে। মেত্তিরিএলগী সংসার হায়বা অসিতনি মরম অহুনা লাইরৈবাক হায়বা অমা লৈতবনিনা দেব কর্ম্ম য়াম্না তোয়না তৌবা ক্যত্তে হায়।

আইদিএলিস্ট—ফিলোসোফিগী মখল খরা:—

### সবজেক্তিভ আইদিএলিজম:

ফিলোসোফি অসিদা তাওবা কাংবুগী মত-তা মেত্তিরিএলগী সংসার অসি শুকলৈ লৈতে। ঐখোয়না পুক্নিংদা খজবা অমসুং

---

1- Engels : Ludwig Feuerbach, Chapter II

2: Lenin : On Dialectics;

ক্ষাউজবা ঙাক্তনি। ঐখোয়না উরিবা য়ুম, কার, মরুপ-মপাংনচিংবা অসি মী অমগী কল্পনানি। তশেংনা লৈবা নত্তে হায়না মত ফোং-দোকই। মসিগী ওন্ন-তৈতনবদা মেত্ত্যিরিএলিষ্টশিংনা পোৎ-চৈগী সংসারনি হায়। মত থেন্নরবনিনা কাংবু অনি অসি থাং শৎনবা ভাবনি।

## ডুৱেলিজম ( Dualism )

সবজেক্তিভ আইদিএলিস্ত অমসুং মেত্তিরিএলিষ্ট অনি অসিবু শস্তাইনবা ওইনা ডুৱেলিজমগী ফিলোসোফি অসি থোক্লকই। অধ্যাত্মিকী ওইবা সংসার ( Spiritual world ) অমা, অনিশুবদা মেত্ত্যিরিএলগী সংসার হায়বা অমগা তোঙান্না লৈ হায়না ডুৱেলিজমদা থাজবা কাংবুনা হায়।

## রীএলিজম ( Realism )

রীএলিজম হায়বা ফিলোসোফি অমসু থোক্লকই। মখোয়গী মত-তা মেত্ত্যিরিএলগী সংসার অমা তোঙান্না লৈ, মসি ঈশ্বরগী খুৎ-শেম্নি। মতম লৈবা খিবিক্তা ভগবানগী শক্তিশা ঙাক-শেল্লি। সংসার অসি ঐখোয়না থঙবা ভম্বা শক্তিগী রাংমদা লৈথ্রে। অদুবু তশেংনা কুপ্না থিজিল্লরুবদি মখোয় অসি আইদিএলিষ্টনি হায়বদা থোইনা লাপ্লোই।

## মেত্ত্যিরিএলিজম :

ঐখোয়না মেত্ত্যিরিএলিজমনা করি করি পাওতাক পীবগে হায়বসি শম্না ইখোকপা য়াই। অহানবদা পৃথিবী অসিম্ন পোৎ মথল অমনি।

## ডাইঅলেক্তিকেল মেতিরিএলিজমগী নৈনরোল্

জগৎ অসিদা লৈরিবা লেংলি পাল্লিবা পোৎ অমম্মুং মী থুদিংমক অসি পোৎশিংদগী থোরকপনি । অনিশুবদা পোৎশিং অসি তশেংনা লৈরবা পোৎশিংনি ; রাথলগী মথা পোন্দে, মত্তগী ওন্ন-তৈনবদা রা-থল হায়বসি পোৎশিংদগী থক্তোকরকপনি । অহুমশুদবা জগৎ অসিদা কংলিবা প্রকৃতিগী থংদবা নিয়ম-কান্নুল ময়াম অসি হৌজিক হৌ-জিকমক থংদবা য়াম্না লৈরবন্তু, মতমগী মতুং ইন্না থংবা শম্মকনি । মার্ক্সিস লেনিনিষ্ট ফিলোসোফিনা মতম চুপ্পদা মেত্যিরিএলিজমগী তুং ইল্লি । অত্তগা কেপিতেলিস্ত ফিলোসোফিনা আইদিএলিজমবু য়াম্না চান্নবা মরুপত্তোনা কোনশিন্দুনা থম্মী অমম্মুং থুংশম্ননা চংলি ।

মরম অত্তনা হৌজিক্কি লাইরবা মীশিংনা মখোয়শিং অসি ঈশ্বরনা লাইরহল্লিবনি হায়না খন্দুনা পংলৈ নৈথোকপম্নু চুমদে । লাইরব-শিংনা লাইরত্তনতা লৈরিবসি করিগীনো হায়না থিজিনফম থোকই । মতৌ করম্না লাইরবা অসি কোক্কদগে হায়বা অসি থিজিনবতা নত্তনা লাইরবা অসি কোক্লনবা হোৎনবা তাই ।

মেক্সিম গোর্কিনা অম্মুম্না ইরম্মী :

"For me, there are no ideas beyond man; for me, man and only man is the miracle worker and the future master of all forces of nature. The most beautiful things in our world are the things made by labour, made by skilled human hands, and all our ideas are born out of the process of labour." ১.

১ Gorky : Literature and Life, "How I learned to write"

## ( ৩ )

## থায়নগী ফিলোসোফর থরগী মত :

মীওইবা সমাজগী য়াম্না ওল্লিরৈগী মতমদা মীওইবগী পোখোক পুখোক্লবগী শক্তিশিং অসি য়াম্না চাওথৎলমদে, মরম অদুনা মতম অদুগী মীওইশিংনা মহৌশা ( Nature ) দা চংজবা তারম্মী। খুদম ওইনা হায়রবদা অঙনবা মতমগী মীওইশিংনা চীঙ্গাক থর ফংনবা হোংনবদা য়াম্না রানা পুন্সি লেপ্লম্মী। মখোয়না মকম অমদগী মকম অমদা চৎতুনা উহৈ রাহৈ থিবা কোয়চৎ চৎলম্মী। অদুদগী মথং মথং চাওখৎ-লক্তুনা অপীকপা ক্বাং কাংবু নত্রগা ত্রাইব হায়তুনা পুন্না লৈমিন্নরম্মী অমসুং শ ত'নবা চৎ রম্মী য়াম্না চাওংত্রবৈ মতম অসিদা খুদম ওইনা যীশু খৃষ্টনা পোকত্রিরৈগী চহি লিশিং অনি অহুমগী মমাংদা ইজিপ্ত অমসুং বেবিলোনদা লৈরম্বা মীওইশিংনা পৃথিবী অসি ঈশিংদগী শেম্লকপনি হায়না য়াম্না চৎনা থাজরম্মী। লেংলি পাল্লিবা প্যাং খুদিংমক অসিগী হৌরকফম অসি ঈশিংনি হায়না লৌরম্মী।

যীশু খৃষ্টনা পোকপদোবা চহি লিশিং অমরোমগী মমাংদা হায়বদি হৌজিক্কী চহি লিশিং অহুমলোমগী মমাংদা Lokyata হায়বা ফি-লোসিফি অমা চৎনরম্মী। হায়রিবা ফিলোসোফি অসি বৃহস্পতিনা হৌদোক্লম্বনি। Lokyata বু থাজবা কাংবুনা মতম অদুদা বেদ-দা য়াওবা ধর্ম্মগী থাজবা কয়াবু অক-ফত্ত নৈনরম্মী। অদুদসু নত্তুনা মতম অদুদা চৎনরম্বা মীত্রংগী থবক, অন্ধবিস্বাস অমদি মতম অদুগী পুরোহিতশিংনা তাক্লম্বা থরায়দি শিবা নাইদে, অতোপ্পা সংসার অমদা কোয়পাই পাইত্তুনা লৈ হায়বনচিংবা অসি য়ানিংদবা উৎতুনা য়াম্না কম্না য়েৎলম্মী।

## ডাইঅলেক্তিকেল মেত্তিরিএলিজমগী নৈনরোল

খৃষ্টনা পোকদবা মমাং চহী ৮০০ অহুরাইদা ধর্ম্মবু য়াদবা স্কুল অমা থোরক্লম্মী। কা'বু অসিনা মত পী মহুদি পৃথিবী অসি মৈ,-ঈশিং, নুংশিং, লৈবাক অমসুং মেটল ( metal ) শিংদগী শেম্বনি।

খৃষ্টনা পোকদবা চহী ৬১০—৫৪৬ রাংলিদৈ অহুরাইদা Anaximander অমসুং Anaximenes কৌবা ফিলোসোফর অনি থায়নগী গ্রীসত্তা লৈরম্মী। Anaximander গী মত মতুং ইন্না পোৎ খুদিংমক অসিগী মরু ওইবা হৌরককমদি "Apeuron" নি; শেমদোক শাদোক্লিবা ঙংখৈ নাইত্রবা মাস ( mass ) অমদগী শেমক্লকপা ঙাকুনি। মাস অসিগী মশাগী লৈজবা কোয়না কোয়না চৎপগী শক্তি অমসুং পোৎশিং অতুগী অকংবগা অচোৎপগা, অশাবগা অঙ'বগা চিংথাইনহুনা ঐংখোয়না লৈরিবা জগৎ অসি শেমখি হায়বা মত কো'দোকই।

মতুং মমাং চহি ৫৮৫ ৫২৫ দা Anaximenes না অমুক্না তম্বীরম্মী। মহুদি নুংশিং ( air ) অসি মায়া মরু ওইবা চংদবা মাত্রব পোৎনি। নুংশিংনা লেংবদগী পোৎ থরা মাংখি। নুংশিং অসিদি মতম লৈবা থিবিক্তা লে'হুনা লৈবা মরম্না অমুক পাথোরকপা য়াই অতুগা অমুকসু কুংশিনবা য়াই। মতম অহুদা Anaximenes না মাগী খংজবা লৌশিংগী মতুং ইন্না মীয়ামদা তম্বী মহুদি নুংশিংনা অসুম অসুম পা-থোরক্লগা মৈ ওল্লি, কুংশিল্লগনা নুংশিং ওল্লি। অমুক্না হেন্না কু'শিনবা হেল্লগনা লৈচিল ওই। কুংশিল্লকপগী চাং হেল্লকপগী মতুং ইন্না লৈবাক অমসুং চীংহুমশিং ( Rock ) ওল্লকই। মাগী মত মতুং ইন্না নুংশিংতগী পোৎ খুদিংমক শেম্বত্তা নত্তনা ঈশ্বর ফাওবা শেম্মী হায়না মত পী।

ডাইঅলেক্তিকেল মেত্তিরিএলিজমগী নৈনরোল্

## পাইথাগোরানিজম

পাইথাগোরস ( খৃঃ মমাং চহি ৫৮০—৫০০ ) অসি গ্রীক্কী ফিলোসোফরনি। মহাক অসি আইদিএলিজমবু থাজবা মীওই অমনি। মহাক্না চেংনা থাজে মতুদি মশীং ( number ) হায়বসি পোং থুদিং মক্কী চংদবা য়াত্রবা মচাক্নি।

গ্রীক্কী ফিলোসোফর হিরাক্লিতস ( খৃঃ মমাং ৫৩০—৪৭০ )গী মত মতুং ইন্না পোং খুদিংমক অসিগী হোৎবকফমদি মৈনি। অদুগা মৈদগী থোরক্লগা মৈদা অমুক চংখি হায়বসিনি। মহাক্না ইরম্মা মতুদি পৃথিবী অসি মীগী খুৎশেমন্নু নত্তে অদুগা ঈশ্বরনা শেম্বসু নত্তে। মৈদগী থোক্লকপনি হায়।

দেমোক্রিটিস ( Democritius ) খৃঃ মমাং চহি ৫৫০ অতুরাইদা পোংশিংগী এটোমিক থিওরী অমা পুথোক্লম্মী। থিওরী অসিগী মতুং ইন্না পৃথিবী অসি মশীং লাকগদ্রবা এটোম্না শাই হায়। এটোমশিং অসি অহাংবা ( vacuum ) অমদা লেংহুনা চৎতুনা লৈরিবনি। থিওরী অসিগী মত মতুং ইন্না মীওইবগী থৱাই অসি অকক্নবা এটোম থরনা পুনশিল্লগা শাবনি। এটোম থর অসিনা কায়থ্রগা হকচাং অসি শিখি অদুগা হকচাং শিবগা লোইনমা থৱাই অসিসু মাংখি। এটোমীক থিওরী অসি এপিকুরসনা খৃঃ মমাং চহী ৪০০—৩০০ অতুরাইদা থর হেন্না চাওখৎলকপা মওংদা পুথৎলকখি।

মসিগী মতুংদাময়াই থংবা যুগকী ( Middle ages ) মতমদা ধর্ম্মগী রাখল্লোন অসি য়াম্না কন্না ফাওগৎলংক্ল। আইদিএলিস্ত কাংবুনা হায়রি রাখলনা ( কল্পনানা ) পোংশিংদগী হাম্না তোঙাম্না তাহুনা লৈরবনি। কল্পনাশিং অসি ঈশ্বরগা লোইনহুনা লৈ। মরম অহুনা তোঙান তোঙানবা পোংশিং অসি ঈশ্বরনা মথং মথং শেম্লকপনি।

## মাইক্লেভিকেল মেত্তিরিএলিজমগী নৈনরোল

মচিগী খ্রহ-নৈনবদা মেত্তিরিএলিষ্ট কাংবুনা হায়রি মতুগী পোংশিং মতিগী মমাংদা য়াথল নৈরমদে। য়াথল হায়বসি তশেংনা নৈরক্লা য়াকনি। য়াথল হায়বসি করিগুম মমে, মমিং খোনবতনি। মত অসি কোংদোকপা কাংবুবু নোমিনেলিষ্ট (Nominalist) কৌই।

কেমটয়বুড়ীগী মুখি এনসেল্মগী (মচাই খংবা মুগকী ফিলো-সোফর) মত-দা, অমাং অতা নৈরবা ঈশ্বর অমখক্তমক নৈ 'পোং শুদিংমক অসি ঈশ্বর অমতনা শেম্বনি। অহানবদা লাইরেককী কালাকার অমনা করম করম্বা মুত্তি শাগদগে অমমুং রেকদগে হায়রন য়াথল থমগা শাবগুম ঈশ্বর অসিনা মাগী অনিংবগী মতুং ইন্না পোং-শিং অসি মথং মথং শাবনি হায়না মত কোংদোকই। মুখি অসিগী মতু ইন্না য়াথলনা হায়রি অহুগা পোংশিং অসিনা তপ্পা তপ্পা য়াথল থমগা শারকপনি।

হায়রিবা য়াকম অসিদা বোসেলিনস (মহাক অসি নোমিনেল-লিষ্টগী মপুংদা চল্লি) মত-তি য়াথল হায়বসি নৈতে। অহুনা নৈ-তবনিনা পোংশিংদগী হায়া নৈবা হায়বসি ওইংখোক্তে। মহাক্না মতম অহুগী ধর্মদা খাজবা ঈশ্বর অমত্তু ত্রিনিতি, মপা, মচা অমমুং হোলি ঘোষ্ট (holy ghost) নৈবা য়াদে। মী অহুম নৈবা তারবদি ঈশ্বর অহুম নৈরমগদবনি, ঈশ্বর অমখক্তং নৈবা য়ারোই হায়না মত কোংদোকই। য়াকম অসিনা ধর্মগী কাংবুদা (মরু ওইনা church তোয়না চংনিংবা কাংবুদা) য়াম্না শাওনিংবা পোকহল্লম্মী।

### ১৭ অমমুং ১৮ শতাব্দীগী মেত্তিরিএলিজম :

১৭শুবা শতাব্দীগী অহুমাইদা ফ্রান্সিস বেকোন্না অচুম্ববু থিজিনবা অনৌ অমৌবা চাংয়েং করা তৌখি। চাংয়েংশিং অসিগী

মতেংনা অনৌ অনৌবা লম্বী কয়া উৎপা ওমখি। মহাক্না আইদি-এলিস্ত ফিলোসোফি অসি থাক অনিদা য়েংলি। অহানবদা থাইবলদা য়াওরিবা থুদিংমক অচুম অরান থিদনা হেক্তা থাজবা হায়বসি য়াম্না অরানবা ওবক্নি। ঈশ্বরগবু মরি লৈনরবদি করি অমত্তা অয়েংপা লৈতনা হেক্তা থাজবা হায়বসি আইদিএলিস্তনা তৌই। মতুংগী মহুত্তা বিজ্ঞান অমস্তুং ফিলোসোফিশিং অসি মথল মথা কয়াগী চাংয়েং তৌগদবনি। হেক্তা থাজবা তৌদনা, হাকথেংনয়দা কংওকপা জ্ঞানগী মথা পোলহনগনবনি।

অনিশুবদা মেত্তিরিএলগী সংসার অসিগী অহৌবা অয়োইবা লৈবা নত্তে। হান্নমা লৈরমলবনি, লৈস্ত লৈখিগনি। মাগী মত মতুং ইন্না অকক্লবা মওং থরদগী পোৎ থুদিংমক থোক্লকই। সংসার অসিদা উরিবা মথল মথা অয়াম্বা থৌদোক কয়া অসি মওংশিং অসিনা অমগা অমগা য়ানশিন্নবা অমস্তুং ত্তিনশিন্নবগী ফলনি।

" Nothing is produced from nothing, he wrote, nothing is reduced to nothing. All the quantity of matter or its sum remains constant and neither increases, nor decreases" ১.

যেকোম্না হায় মহুদি লেঙবা হোংবা হায়বসি পোৎশিংগী মগুণনি। লেঙবগী গুণশিং অসি মওং ১৯ থোক্না থাইদোকপা য়াই। মাগী অশোয়বা ফিলোসোফিগী অসি মওং ১৯ লৈ হায়বা য়াওং অসি-ননি। মাগী ফিলোসোফিগী অশোয়বা অমগম্ব লৈরি। মহাক্না থল্লম্মী মহুদি কনাগুবা অমনা জ্ঞান তানগে হায়রবদি করিগুবা পোৎ অমবু মচেৎ মচেৎ থুগাইহুনা য়েংবা তাই, অহুগা মগুণশিং অহুগী

১ Francis Bacon, Novum Organum, Book II:

## ডাইঅলেক্তিকেল মেত্যিরিএলিজমগী নৈনরোল

খাইদগী চম্বা মগুণশিং অদু থিদোকপা ডাই। মতুংগী করম করম্বা নীতি নিয়ম শ্যানশিন্নগা খাইদগী চম্বা মগুণশিং অদু পুনশিন্নগা অথম্বা পোৎ অমা ওইরকপগে হায়বদু য়েংবা ডাই। ফিলোসোফি অসিদা মেকোয়া থংজিনবদি পোৎশিং অসি করিনু হোংবা লৈতবা মগুণ থম খাইদোকপা নত্রগা ফিনশিন্নগা শাবা নত্তে। মসিফি মপুম ওইনা য়েংগদবনি। মপুম অদুগী মনুংদা পোৎচাকশিং অদুগী তোঙান তোঙানবা মগুণ অমদগী মগুণ অমদা হোংদোকপি হায়বসি মহাক্না থংলমদে।

থোমাস হোব্বিস ইংলেণ্ড ১৫৮৮—১৬৭৯ গী মতমদা লৈরম্বা ইংলণ্ড বুর্জুয়া [1] ফিলোসোফর অমনি। মহাক্না মেকোনগী ফিলো সোফি অদুবু চাওখৎনবা হোৎনরম্মী। মহাক্না চেৎনা খাজে মতুংদি পৃথিবী অসি পোৎ ময়ামগী অপুনবনি। পোৎশিং অসিগী মরু ওইবা মগুণ অমি নৈ; অহানবদা পোৎ অদুগী শকুম, অনিশুবদা পোৎ অদুগী শংলাৎকপা মগুণ। মহাক্নী মতংদা পোৎশিং অসি মেকানিকেল মোশন (mechanical motion), মফম অমদগী মফম অমদা চৎলি হায়।

জ্ঞান হায়বসি তোঙান তোঙানবা পোৎ করাগী ফিনশিনবা অমপুং য়ানশিংবগী থোকই হায়বসি মহাক্নী মতনি। হোব্বিসনা মেত্যিরিএলিজমকী মীৎয়েংবু য়াম্না চাওখৎনবা হোৎনৈ। মহাক্না ধর্ম্মগী মাইয়াক্তা লাল শেংনৈ। মহাক্না হায় ধর্ম্মগী জীপুন-না মী-শিং অসি

---

[1]. বুর্জুয়া হায়রগা থংনরিবা অসি হৌজিকী মতমগী কেপি-তেলিস্ত অসিবুনি। মখোয়শিং অসি সমাজগী পোথোক পুথোকবা থুংকু-থুংলাইশিং শিসিগী মপুনি। মখোয়না তলম পীদুনা থবক তৌনবা মী করামরুম থম্মী।

## ডাইঅলেক্টিকেল মেটিরিএলিজমগী নৈনরোল্

কাংখোং চাইদনা থমুগা হোৎনরম্বদি য়াই। অতুবু ধর্ম্মগী অমাংবা অশোয়বা কয়া লৈ। মীশিংনা পঙবা অমসুং মীওইবদা থংবা তম-ত্রিবা প্রকৃতীগী থুংশেমবু কিরুপদগী ধর্ম্মদা থাজবনি। ধর্ম্ম হায়বা অসি বিজ্ঞানগা মরি লৈনদে অমসুং সাইন্টিফিক ওইদে হায়না মহাক্না য়েংশি।

শেনে দেশকারত্তিস ফ্রান্সতা ইংলোক ১৫৯৬-১৬৫০ অতুরাইদা অচুম্বা ফজনবা চাংয়েং কয়া থৌখিবা মুপ অমানি। মহাক্না হায় মহৌশা অসি অচৌ পীমক নাইবা তেভান তেভানবা পোৎ কয়ানা শাবনি; পোৎশিং অসিগী তেভান তেভানবা মওং লৈ, তেভান তেভানবা মাইকৈদা মকম হোংই অমসুং লেংই। মহাক্না মত নতুং ইন্না সংসার অসি মরু ওইবা পোৎচাক অহুম্না শাই—অহানবদা মৈ গুম্বা ( fire like ), অনিশুবদা নুংশিৎগুম্বা ( air like ), অহুম-শুবদা লৈপাকগুম্বা ( soil like ) অহুম অসিনি। হায়রিবা পোৎচাক-শিং অসি নত্তম চুম্লদা লেংতুনা লৈ।

অহানবগী মৈ-গুম্বা পোৎশিং অসিদগী মুমিৎ অমসুং থরান-মিসাক ওইখি। নুংশিৎগুম্বা অসিদগী আতয়া ওইরকই, অহুম-গুম্বা লৈপাক-গুম্বা পোৎশিং অসিনা পৃথিবী অমসুং অতৈ অতৈ উপগ্রহশিং অসি শেমখি। দেশকারত্তিস অসি মতম চুম্লদা মেটিরিএলিষ্ট ওই-তুনতা লৈতে। মহাক্না মহৌশগা মবি লৈনবা পোৎ থরভমক মে-টিরিএলিজমগী মীৎয়েংদা য়েংলম্মী। থুদম ওইনা পৃথিবী অসিদা অমগা অমগা মথা পোয়বা পোৎ অনি লৈ হায়। পোৎ অমনা অধ্যাত্মীক ( Spiritual ) অমগা অতোপ্পা অমনা মেটিরিএল হায়বসিনি।

### ডাইঅলেক্তিকেল মেত্যিরিএলিজমগী নৈনরোল.

Descartes said that "God·········has in principle created matter together with motion and rest and there were two independent substances in the world—spiritual and material" ১

শম্না হায়রবদা দেশকারতিস-কী ফিলোসোফি অসি দ্বয়েলিস্ত ফিলোসোফিনি। মরমদি মহাক্না পোং থরবু মেত্যিরিএল ওইনা উই। পোং থরবুনা অধাত্মীক্কা মরি লৈতে। মহাক্না থম্লি পৃথিবী অসি মরিক চুম্না থংগে হায়রবদি কনাগুম্বা অমনা মশাগী রাথলদা থাক্তবা থমগদবনি, মতোন্দা পোকপদগী রাউরক্লিবা রাথল অছুনা লমজিংগদবনি।

দতচগী মেত্যিরিএলিস্ত-ফিলোসোফর স্পিনোজানা ইংলোক ১৬৩২গ ১৬৭৭ গী অহরাইদা দেশকারতিস-না শম্লোক্লম্বা দ্বয়েলিজমগী মত অতগী অশোয়বা পুথোকখি। মহাক্না থাজরম্মো পৃথিবী অসি মহো-শাগা অমত্তনি। মহোশা অসিবু পোংতনা শাবনি। মতম চুপ্পদা লৈরবনি। কনানম্ব শেম্বা নত্তে। মহোশা অসি মতম চুপ্পদা লৈর-বনিনা মাগী ত্তোঙ্গান ত্তোঙানবা মশিং লাকঙমত্তবা মগুণ অমম্বুং মওংশিং উৎলকপনি। মগুণ ময়ামশিং অসিগী মরক্তা লেঙবা হোংবা হায়বসিম্ব মগুণ অমনি। মাগী মত মতুং ইন্না পৃথিবী অসি ঈশ্বরনা শেম্বা নত্তে; মীশিংনা শঙবা অমম্বুং তুংদা করি থোক্লকদগে হায়না কিবদগী ঈশ্বরগা মরি লৈনবা ধর্ম্ম অসি পোক্লকপনি।

Spinoza held that peoples' ignorance and fear of the future had given rise to religion which, he wrote, was nothing " but the fantasy and ravings of a timid soul." ২

---

১ Descartes, Principia Philosophiae, Paris, 1905

২ Spinoza, Oeuvres, Vol. II, Paris, 1861,

লৈতবা মথীংতমক থোনজিনবা ওইরবদি মী অমুনা শিখবগা লোইননা পৃথিবী অসিদ্ধ মাংখিগনি। মসিবু অচুম হাকথনা? মী অমা শিত্রগা মাগী হাকচাং মাংখ্রবনিদা মী অতৈন্ধ পোত্নবা মাংখ্রগনি হায়বসি বরকেলিনা মশানা মশাবু কককচরবা হাকমনি। অচুবু হায়গা মচুহ্নি হায় মচুনি কনাগুবা মী অমমা কাউরিবা মত্নিবা হাকচাং মরাব অসি ঈশ্বরনা মী অহুমী আত্মাদা চংথিহনা হাকচাং থনবা ওমনিবনি। অহুনা মী অসি মাংখ্রবনু ঈশ্বরদি থংডি হায়। বরকেলি অমসুং অতৈ অতৈ আইদিএলিস্ত থরনা মেটিরিএলিস্তকী মাইয়োক্তা থরক তৌই তৌইগুবনুং মাইদি পাকখিদে। বরকেলিগী মতম অসিদ্ধাইদা ফ্রান্সতা মেটিরিএলিস্ট কয়ামুক থোক্লকই। মখোয়শিং অহুমী মরক্তা Paul Holbach, Denis Diderot, Claude Helvetius অতৈ অতৈ থরমু মমীং পনবা য়াই। মখোয়গী মত মতুং ইন্না ঈশ্বর হায়বসি লৈতে; ঈশ্বরনা সেংহনা লৈবমু নত্তে। য়্যাম অসি ঈশ্বরগী খুৎশেমমু নত্তে। মথে য়না তশেং তশেংনা হায়— মহৌশা হায়বসি মশানা অহুম লৈজরবনি; মতম চুপ্পদা লৈগদৌরি-বনি, ঈশ্বরনা লৈজনবা নাত্তে। অদু ওইরবদি মহৌশা হায়বসি করিনো? হাকম অসিগী মতাংদা ফ্রেঞ্চ মেটিরিএলিস্তশিংনা হায়— মহৌশা হায়বসি য় মা পিকপা পোৎ ময়াম্না পুনশিন্দুনা শাবনি। মশা মশাগী অকুপা, অরাংবা মপক নাইবা অমসুং লেংবা হোংবগী মগুন লৈজবা এটোম অমসুং মোলেক্যুলশিং ( molecules ) অসিনা পুনশিন্নগা শাবনি।

১৮ শুবা শতাব্দীগী মতমদা Russia দা মেটিরিএলিস্ত থর থোক্লকই। মখোয়শিং অহুমী মধ্যদা Lomonosov ( ইংলোপ ১৭১১—১৭৬৫ ) অমসুং Alexander Radhischev ( ইংলোপ ১৭৪৯—১৮০২ ) কী মমীং পনবা য়াই। Lomonosov না থরি,

পোৎকা মরি নৈনবা থৌওং খুদি'মক পোৎ তাক্লি। পোৎ হায়বসি এটোমশিংনা শাবনি ; এটোমশিংনা পুনশিন্নগা মোলেকুলশিং শাই; মোলেক্যুলশিং অসি পুনশিন্নগা ঐথাকনা উবিবা পোৎ মরামশিং অসি শাবনি।

He formulated it as follows '.........all changes in nature occur in such a way that whatever is added to something is at the same time subtracted from something else.........this law of nature is universal to sucn an extent that it covers the rules of motion as well". [1]

Lomonosov না হায়—পোৎ অমা নৈরবদি পোৎ অহু লেংবা শোয়দ্রবনি; অনি অসি অমগা অমগা থায়বা য়াদে। পোৎ হায়-সি মতম চুয়দা লেংহুনত্তা নৈ। লেংবা—হংবা অসি মথল অনি থোক্লা থায়:দাকই—মথল অমনা মপান্থোংগী ওইবা লেংবা হোংবা হায়বদি পোৎ অমগা অতোপ্পা অমগা পোৎ থেংনবদা মকম হোংবা ওসিনি। অতোপ্পা মথল অমমা মনুংগী ওইবা (Internal) অহোংবা, অকক্কবা পো অহুবু শাগিবা মনুংগী মচাকশিংনা লেংবা অমসুং হোংবা মওং অহুবুনি।

Lomonosov গী মত মতুং ইন্না ওবজর্ভেসন ( observation) কয়ামুক্তগী থিওরী অমা শাগৎলকপা থিওরী অসিগী মতোংনা ওবজর্ভেশন মরাম অহুবু অমুক চুমথোক্লকপা অসিনা অচুম্বা কংননবগী খাইদগী কবা মওংনি।

১৭- ১৮ শুবা শতাব্দীগী ফিলোসোফরশিংনা পীবা মেটিরিএলিস্ট থীওরেংশিং অসি মেতাফিজিকেল থর ওই হায়বদি য়াথল অসি

[1] A. P, Sheptulin; Marxist & Leninist theory, P, 57

## ডাইঅলেক্তিকেল মেত্তিরিএলিজমগী নৈনরোল

কমজিন্দুনা লৈ। মরমদি মহাক্না হেন্নবা ঈরোল চাওখৎলকপগী খোংথাং, মগুম্পা খেন্নরকপা অত্তগা পোৎশিং অমস্তুং মীওইবশিংমা অমগা অমগা মুক্নরকপা মসি মখোয়না উদে। অসিগুম্বা মওংশিং অসি উদবগী মরমদি প্রকৃতিক বীজ্ঞান ( natural science )অসি মতম অত্তদা য়াম্না চাওখৎত্রি। মরু ওইনা ফিজিক্স অমস্তুং এস্ট্রো-নোমীদা হেন্না চাওখৎপদগীনি।

ডাক্কক অসিদা ইকুই কুইনদনা ফ্রান্স অমস্তুং ইংলণ্ডদা কেপী-তেলিজমগী খোঙথাং থাজিনবা হৌরে। মতম অসিদা জর্মনিদদি ইচাও চাওখৎলমদে; লৌয়াম চা'বগা ( feudal ) চাদবগা লৈনরিবা মরি অদু মতম অদুগী জর্মনিগী সমাজদ মপা কন্না ভারিবা মতমনি। মতম অদুগী বুর্জুরাশিং অসি কাঙলুপ নাইবা ঙমজদে। মরমদি মখোয় মশাগী পৈশা লৈজদে, মতু শাগ্নি। লালহৌবা পাম্বা লৌ-য়াম চাবশিং অসিনা মখোয়গা য়ানবা অমা পুরকপা তারম্মী। মতম অদুদা ফিলোসোফি অমা চৎনরকই ফিলোসোফি অসি Imman-nuel Kant না অহানবা হৌদেক্লকপনি। অহানবদা মহাক্না প্রকৃতিক বিজ্ঞান ( Natural science ) অসি কন্না নৈনরম্মী। খুদম ওইনা মহ ক্না হাইপোথিসিস ( hypothesis ) অমা পুখোক্লম্মী। হাইপোথিসিস অদুগী মতুং ইন্না সৌরজগৎ অসি গ্যাসকী নেবুলা অমদগী থোক্লকপনি। নেবুলা অদুগী মনুংদা য়াওজবা প্রকৃতিগী শক্তি কয়ামুক্না হোৎনজদুনা থোক্লকপনি হায়। কান্ত মশামক্না মহৌশানা থংবা ঙমদ্রবা পোৎ থর লৈ অদুবু মহাক্না " thing-in-itself " হায়না কৌই। ভশেংনা লৈরবা পোৎশিং অসিগী মথক্তা থৌদোক-শিংগী সংসার ( world of phenomena ) অমত্তু লৈ হায়না কান্ত না থাজৈ। মসিবু প্রকৃতি হায়না খংনৈ। পোৎশিং অসিনা মী-ওইবগী খোপ্তা মমী তারুরগা থৌদোকশিংগী সংসার অসি থোরকপনি।

সংসার অসি মীওইবগী রথলদগী তোঙাম্না তাহুনা নৈবা য়াদে। মহাক্কী মত মতুং ইন্না মীওইবনা থোদোকশিং অসি নৈমে। অদুগা তশেংনা পোৎ ওইনা লৈরম্লবা "thing-in-itself" অসিদি ঐথোয়না শুকথং হেক খংবা ঙমদ্রবা পোৎনি হায়না মহাক্কী মত ফোংদোকই।

কান্ত-না হায়,—"World of phenomena" অসি মথং মনাও নাইনা লৈবা নত্তে। মফম অমসুং মতমগী রাংঙদনু লৈ। অদুম্নদি ওইরগা মীওইবশিংনা ফোংনবদগী প্রকৃতিগী থৌওং থুদিংমক মফম অমসুং মতমগী মচুংদা লৈননবা হোৎনরে। নিয়ম কানুন অমগী মথাদা থর মথৈদি পুবকপা ঙনদে হায়না মত ফোংদোকই। কান্ত কী ফিলোসোফি অসিদা লেনিন-না গশোয়বা অমা পুথোক্লকই। লেনিন না হায় মহাক্কী পোমৈৎ অসি মেত্তিরিএলিজম অমসুং আইদিএলিজম অনিগী মরক্তা য়াননবা অমা পুরকপনি। কান্ত না হায়রিবা "a thing in-itself হায়রিবা ঐথোয়না খংবা ঙমদবা পোৎ থর নৈদে হায়বা অসিমা মেত্তিরিএলিস্তকী মীৎয়েংনি অদুগা পোৎশিং অসি ঐথোয়না শুকথং হেক থবা ঙম্লরে ই—হায়বসিনা আইদিএলিজমদা চংভি। কান্ত কী ফিলোসোফি অসি মচীন অনি লোংবা তা-শুমনি। মচীন অমনা আইদিএলিজমগী মীৎয়েংবুনি, অতোপ্পা মচীন অমনা মেত্তি-রিএলিস্তগী মীৎয়েংবুনি। মচীন অনিগী মরক্তা আইদিএলিস্তগী রাথল অদুনা হেন্না মরু ওই মচীন তুম্বা হেল্লি হায়না লৌই মরমদি মীশিংনা "things-in-themselves" শিং অসি য়েংবা ঙমদে, ঈশ্বরগী অনিংবগী মথা পোল্লি। বিজ্ঞানগী মতেংনা ঙম্মরোইদবনিনা ঈশ্বরবু চুমই নত্রগা লাল্লি হায়না য়েৎপা ঙম্মোই। মরম অদুনা কান্ত-না হায়, ধর্ম্মদা চংজরবদি ঈশ্বরগী মনাক্তা চংশিনবা ঙম্মী অমসুং things-in-themselves শিংদা কাওজিনবা ঙম্মী।

## ডাইঅলেক্তিকেল মেতিরিএলিজমগী নৈনরোল

হেগেল শোক ১৭৭০-১৮৩১ গী মতমদা লৈরম্বা জর্মনিগী অকাওবা আইদিএলিস্ত অমনি। মহাক্না হায়,—ঐখোয়না উরিবা পুম্নমক অসি অশেংবা রাখল নত্রগা "The Absolute Idea" অমদগী থোক্লকই। অহানবদা "Pure being" হায়বা অমা লৈ, অদুদগী করিমত্তা রাওদবা "nothing" নত্রগা "non-being" হায়বা অমগা থোক্লকই। মসিগী অপুন্না মওং অমদগী মওং অমদা চাওখৎলকপগী কলনা "Absolute Idea" দগী প্রকৃতি অমা শেম্লকই। প্রকৃতি শেমলকপদগী মেতিরিএলিজমগী কুয়োম অমনা কোয়শিনবা হৌরক্লে। কুয়োম অসিগী মপুংদা মীওইবশিংনা মাগী মাগী রাখল পোক্লকপা হৌরে। রাখলশিং অসিনা মখঃ মখং চাওখৎলকপদগী পোৎশিংদগী তোঙানা অমুক তারক্তুনা তশেংবা "Pure being" হায়বত্ত ওই-রক্লে। মসিগী অপুন্না হায়গী ফিলোসোফি অদুগী হৌরকফম "pure idea" দা অমুক হন্সিল্লি হায়না মত ফোংদোকই। হেগেলগী ফিলো-সোফি অসি আইদিএলিজমগী থুদমনি। মরমদি মুং (spirit) না মহৌশাদগী হাল্লি। মরু ওইবদি রাখল নত্রগা মুংনি। তেং-বানবা অসি মওং অমা নত্রগা মওং অমদা রাখলদগী শেমখিবনি হায়না হেগেলনা চেৎনা থাকৈ।

জর্মনিগী ফিলোসোফর লুদবিগ ফিউএরবাক্না (L. Feuerbach) শোক ১৮০৪—১৮৭২ গী মতমদা হেগেলগী আইদিএলিজম অসি অশোয়বা কয়া লৈ হায়না কন্না নৈনবা হৌরকলম্মী। ফিউএরবাক্না হায়,—হেগেলগী "Absolute Idea" হায়বা রবৈ অসি "মীওই-বগী পুক্নিংবুনি", পুক্নিং অসিনা হকচাং পোলাংদগী তোঙানা তাখি-বনি। রাখলনা তেংবানবা অসি শেম্বনি। থিওলোজীগী মাইকৈদা য়েংলুরবদি ঈশ্বর হায়বা অসিগা মান্নে। মরম অদুনা ফিউএরবাক্না

## ডাইঅলেক্টিকেল মেতিরিএলিজমগী নৈনরোল.

হায়,—হেগেলগী ফিলোসোফি অসি লাকুনা লংথোকখিত্রবদি খিঙ-লোজীবু লংথোকপা ঙম্মোই ।

ফিউএরবাক্কী মত মতুং ইন্না রাখল হায়বা অসি হকচাংদগী তোঙান্না তাহনা লৈবা য়াদে । মরমদি মসি থোপ ( brain ) গী মগুন্নি । কোক অতুগী তৌফম থোকপা মথৌ তৌবনি । মরম অতুনা মহাক্কী মত মতুং ইন্না মুংগী রাখল ( স্পিরিচুয়েল ) না পোংশিংগী মথা পোল্লি; মহৌশাদসু মথা পোল্লি । মীওইবা হায়বসি মহৌশাগী শরুক মচেৎ অমনি অতুগা রাখল খনবা হায়বসিনা মীওইবা ঐখোয়গী মগুণ অমনি । অতুমদি ওইরগা ফিউএরবাক্কী অশোয়বা নাকল অমদি লৈ মতুদি মীওইবা হায়বা জাত্তী অসি মহৌশাগী মচেৎ অমা ওইবা মরম, মীওইবা সমাজগী পোংথক অমনি হায়বসি মহাক্না থ লমদে । মহাক্না খল্লি,—মী অমগী থোপ মনুংদা খল্লিবা রাখল অসি মশাগী হকচাং মনুংতগী ওইবা মগুন্নি । মী অতুনা লৈরুরিবা সমাজ অতুগী অকোইবদা লৈরুরিবা কিভমশিং অসিনসু রাখল খনবগী মওং অসি হোংদোকপা ঙম্মী হায়বসি মহাক্না খংলমদে । মাগী অশোয়বা নাকল অসি লৈজয়বনু মহাক্না মতম চুপ্পদা "পোংশিং অসিনা মরু ওইবনি" হায়না ইতৎ-তত্তুনা হায় মহাক্না মতম চুপ্পদা ধর্ম্ম খরগী মাইয়োক্তা লেপ্পী । ধর্ম্ম হায়বসি পৃথিবীদগী তৌথিবনি । ঈশ্বর হায়বসি মী-ওইবনা শাগৎলকপা মুর্ত্তি মথল অমনি । মরম অতুনা সুপর নেচারেল ওইবা শক্তি লৈকম থোক্তে । রাখলনা ঈশ্বর অসি স্বর্গদগী পৃথিবী অসিদা থাদরকপনি । মহাক্না ধর্ম্মগী মনুংদা চেল্লিবা কাঙলুপ নাইবা মওং অতুবু উবা ঙমজদে । অতুগীসু মখক্তা মহাক্না ধর্ম্ম লোইনমকপু মহাক্না য়েত্তে । মহাক্না মরু ওইনা য়েৎলিবদি লাইবু সুপর নেচ-রেলগী শক্তি লৈবদোম্না লাৎপা থাইমগী ধর্ম্ম অতুবুনি ।

## ডাইঅলেক্তিকেল মেতিরিএলিজমগী নৈনরোল

অতুমদি ওইরগা পৃথিবীগী ভইবা অনৌবা ধর্ম্ম অমা হৌদোক্‌-ত্রবনি। মীনা ঈশ্বরগী মহুৎ শিনবা ভবা ধর্ম্ম ওইগদৌবনি। মী অমনা মী অমবু লুংশিনা লোয়নবা হায়বা লৌচিং অমগী মথাদা ধর্ম্ম অতু শম্নোক্লদবনি—মসিমি মহাক্কী রাখল। ফিউএরবাক্কা ধর্ম্মশিংগী কাণ্ডলুপ নাইবা থুদম ওইনা খৃষ্টান, ইস্লাম অমসুং হিন্দুইজমনচিংবা মওংশিং অসিদি উবা ভমখিদে।

হৌজিক্কী ১৯ শুবা শতাব্দীদা রাশিয়াগী দেমোক্রেতশিংনা মেতিরিএলিজমবু কন্না থাজবা হেন্লে। দেমোক্রেতশিংনা হায়,—প্রকৃতি অসিবু শেমলিবা প্যোং ময়াম অসি তশেংনা নৈবনি। ঐখোয়গী লুংগী রাখল্লোন অসি প্রকৃতিনা মথং মথং চাওখৎলকপগী ফলনি।

বেলিনস্কাই ( Belinsky )না হায়,—মীওইবা জাতিগী চাওখৎলকপগী থাক থাক ময়াম অসি ভমথৈ নৈবা নত্তে। মীওইবা জাতিনা কৈদৌউৈদসু হায়ররোই মচুদি—“হৌজিক্কী সমাজগী চাওখৎপগী চাং অসি চপ চারে, লেপ্লা মতম ওইরে, অমুক হন্না মথা চখনিংডাই নৈত্রে”।

## ধর্ম্মগী কাণ্ডলুপ নাইবা মওং :

ধর্ম্মগী মমিংদা শাসন পায়রিবা মীওইশিংনা লাইরবা নোংমগী চুমাং মমল তাজরিবা মীওইশিংবু তুহৎনবা হোৎনৈ। নৈবাক্কী রায়েল চুপ্প্রি পায়রিবা কাংবুশিংনা অমসুং শেঞ্জাও প্পায়বা কাংবুশিংনা অরান অরানবা থবক কয়া তৌহনা মীয়ামগী ফননবা হোৎনদে। নিংথৌদি ঈশ্বরগুম্বনি হায়বা রাখল অমদা হেক্তা চৎথরকই। ঈশ্বরদি অনিং অনিংবা তৌবা ভম্মী হায়বগী মতাগুম নৈবাক রায়েল তৌরিবা কাংবুশিংনা কুশি রাশি তৌরকই। অমরোমদা ধর্ম্ম নৈবা মী

ডাইঅলেক্তিকেল মেতিরিএলিজমগী নৈনরোল,

ওইগদৌবনি, নোল্লুকপা তমগদবনি, অচম্বা পুন্সি লেনগদবনি. মীওোম্না কন্না হায়রোইদবনি হায়বা পাউতাক কয়া শন্দোকই ।

অনম অহা চুরবা, অতোন-অতা, লাইর অনংগী কাওলুপ্তা চনবা মীশিংনা মখোয়না চরা হেল্লিবা অসি করিগীনো হায়বা অচুম্বা মরম অমতা খংজবা ওমজদে । মতুগী মহুৎতা মখোয়না লাই-নিংবা হেঙ্গৎলকই । ব্রাহ্মণশিংনা মখোয়গীদমক পুজা তৌবী । হন্দকী মপোক্তা রারবনু হয়েংমুক্কী মপোক্তা শোয়দনা মুংওাইগনি হায়জিল্লি । মাইকৈ অমরোমদনা অরানবা তৌরিবা শাসন পায়রিবা কাংবু অমদি শেঙ্গাও পায়রিবা কাংবু অসিগী অরানববু চুমথোক্নবা হোৎনবগী মহুৎতা, অনম অহা চুরবা লাইরবা লৌমী শিংগী ময়াম অসিনা ইবুংঙো মাগী লিলানি, ঈশ্বরনা রাহল্লংনি হায়তুনা লুম্ন-লুম্নবা পোৎলুম কয়া পুতুনা থাংখি ।

( ৪ )

## মেকানিষ্টিক মেত্যিরিএলিজম
## ( Mechanistic Materialism )

মাক্সগী মমাংদা মেতিরিএলিজম অয়াম্বা অসি মেকানিষ্টিক ওইরম্মী । মেকানিষ্টিক মেতিরিএলিস্তশিং অসিনা হায়,— সংসার অসিদা লৈরিবা পোৎ খুদিংমক অসি ( পুক্লিং অমম্বুং হকচাং য়াওনা ) পোৎ কয়া কয়াগী মেকানিকেল ইন্তরএক্সন ( Mechanical Interaction ) নি ।

ঐখোয়না সংসার অসিদা অহোংবা য়াম্না থেংনৈ । খুদম ওইনা অয়ুক্তা নুমিৎনা চীঙ্খে ফিতুপ হল্লমলগা নোংচুপ চীংয়া থাংখি । ওলাং

থাগী মুংশা মৈচাক, অশিৎ অরাম্বাগী উরি-রাউরি, ইংথম থাগী থারবা উন, মহৌশাগী অহোংবা ঙাক্তনি। অতোপ্পা থুদম অমনা অঙাং কয়া পোক্লকই, পাখং নৈশাবী ফারকই, মতমগী মতুং ইন্না অহল ওই-রকই—অমম্বুং নোঙ্গাথি। অম্ফুম্না হোংলিবা অসি আইদিএলিস্ত কাংবুনা ঈশ্বর মাগী থুৎশেম্মি হায়জিল্লকনি। অতুগা ঈশ্বরদি লেংদ-বনি, হোংবা নাইদবনি হায়। রাকম অসিদা মেত্তিরিএলিজমদা থাজবা কাংবুনা বিজ্ঞানগী মতেং লৌরগা মেত্তিরিএল কোজ (Material cause) নি হায়। মাক্সগী মমাংগী মেত্তিরিএলিস্ত কাং-বুনা মহৌশা অসি এটামশিংনা মফম অমদগী মফম অমদা হোংবা অমম্বুং অমগা অমগা ইন্তরএক্সন তৌবননি হায়না কোংদোকই। এটামশিং অসিদি হোংবা নাইদে হায়।

For such mechanistic materialist, then all changes were produced by the movement and interaction of unchanging atoms. রাফম অসি ভারত-তা অমম্বু গ্রী সদা চহি লিশিং অনিরোমগী মমাংদা পুথোকথিবনি। থিওরী অসি আইদিএলিজমগা য়েংনকুরবদি থর হেন্না চাওখৎলবা থিওরীনি। মরমদি থিওরী অসি আইদিএলিজম অমম্বুং অন্ধাবিশ্বাসগী মাইয়োক্তা উৎলকপা শক্তমনি।

গ্রীক্কী ফিলোসোফর এপিকুরস মশামক্কী বাহৈ,—

"What are the elements out of which everything is formed, and how everything comes to pass without the intervention of god". [১]

১ Lucretius : De Rerum Natura

## ডাইঅলেক্তিকেল মেতিৢরিএলিজমগী নৈনরোল

মথক্তা পল্লিবা অসিগী রামচংদ্দি—মেকানিষ্টিক মেতিৢরিএলিস্তগী মত মতুং ইন্না পৃথিবী অসি পোৎ মকুপ মকুপ্না ইন্তুরএক্সন তৌনরগা শাবনি। পোৎ মকুপশিং অসি তোঙান তোঙান্না লৈজবনি। পোৎ অমগা অমগা ইন্তুরএক্সন তৌনরিবা অসি মপানগী ওইবা শক্তি ( External influence ) অমনা তৌহনবনি হায়না মত কোং-দোকই।

মেকানিষ্টিক মেতিৢরিএলিজমগী অশোনবা অমসুং অশোয়বা নাকলশিং:

১। অহানবদা মেকানিষ্টিক—মেতিৢরিএলিজম অসি মেতিৢরি-এলিস্তকী মীৎয়েংদা মীৎ-না চোইদনা অমসুং পুক্চেল অনি লোংদনা লেপচবা ওমজদে। মরমদি মখোয়না চিন্তা তৌই— পৃথিবী অসি মেছিন অমনি হায়না লোবা তারবদি মসি কনানা হৌদোক্লমবনো? কনানা শেমগৎলকপনো হায়বা য়াহং হংলকই।

২। অনিশুবদা মেকানিষ্টিক মেতিৢরিএলিজমদা থাজবা কাংবুনা হায়রি মতুদি হায়রিব মেতিৢরিএলিজম অসি অহোংবদি উই। হোং-লিবা মওং অসিদি চপ মান্নবা মথল অমতগী ওইবা মেকানিকেল প্রোসেস কয়ানা হজিন হদিন্না হোংবতনি। থুদম ওইনা হোরাই খাইনবা মেছিন অমা লৈরে হায়না খল্লসি। মেছিন অদুনা হোরাই খাইবগী থবক্তুমক তৌই অতোপ্পা অনৌবা থবক অমদি তৌবা ঙম-দে। It sees change everywhere—but nothing new, no development.

৩। অহুমশুবদা মেতিৢরিএলিজম অসিনা সমাজগী চাওখৎলকপা খোংথাং অসিবু শন্দোক্না তাকপা ঙমদে। মেকানিষ্টিকী মীৎয়েংদা

## ডাইয়েলেক্তিকেল মেত্তিরিএলিজমগী নৈনরোল্

মী থুদিংমক অসি সমাজগী এটাম অমমম ওইনা উই। মখোয়না খল্লি—সমাজগী এটামশিং অসি মশা মশাগী ওইবা মগুণ, শক্তি অমসুং ফংফম থোকপশিং অসি মাংহৌননা ময়েক শেংনা শেংনা য়াংথোক্লনা পিক্লবা এটোমগুম্ অক্লনি।

মী থুদিংমক মাগী মাগী ফংফম থোকপা শরুক অসি মহৌশানা য়াত্তুনা পিক্লবনি হায়বসি ওইথোকপা রাক্ফমলা? মহৌশানা মী অসি অমগা অমগাসু মান্নদে। মী অমগী ফংফম থোকপা অসি মী অমনা নৈরিবা সমাজ অতুগী থাক অতোনা লেপ্পা। আইনগী মীৎয়েংদা নাগরিকশিংনা ফংফম থোকপা মান্নে হায়বিবা অসিগী মতাংদা মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলস-না হায়খি:—

"………. the real content of the proletarian for equality is the demand for the abolition of classes, Any demand for equality which goes beyond that of necessity passes into absurdity." ১

মার্ক্সকী হেক মমাংদা লৈরম্বা ইউতোপিয়ান সোসিএলিস্তশিংনা (তাংশংনা হায়রকপদি মখোয়শিং অসি মেকানিষ্টিক মেত্তিরিএলিস্ততা চল্লি) খল্লি—মী অমগী লৈচৎ শক্তং অমসুং মাগী তৌথোরকপা মওং অসি মী অতুনা ফংলিবা লাইরিক হৈবগী চাং অমসুং এনভাইরোনমেন্তশিং অসিনা লেপ্পি। মখোয়গী মত মতুং ইন্না মী অমবু গুডাইহনগ অমসু ফতংগে হায়রবদি মখোয়শিং অসি লাইরিক হৈহনগদবনি অমসুং এনভাইরোনমেন্ত অফু ফহনগদবনি।

রাফম অসিদা মার্ক্সনা চাওথোকনা থুম্লকপা পাউথুমগী থোরেন:—

১ Engels: Anti—Duhring. Part I Chapter X

## ডাইঅলেক্তিকেল মেতিরিএলিজমগী লৈনরোল

The materialist doctrine that men are products of circumstances and upbringing and that, therefore, changed men are produced by changed circumstances and changed upbringing, forgets that circumstances are changed precisely by men and that the educator must himself be educated. [১]

মীওইবা অসি মতমগী ফিভম অমগী পোক্থোক ওইবা তারবদি, ফিভম অদুনি ওহোংলকপ মতাংদা মথৌ পোনবা তারম্মী মসিগী মথক্তা মীওইবশিংনা মতমগী ফিভম অসি ওহোংদোকপা ঙম্মী, অমসুং মী মশামক হেন্দোকপা তাবদি থ গাদবনি।

( ৫ )

## ডাইঅলেক্তিকেল মেতিরিএলিজম

মেকানিকেল মেতিরিএলিজমদা অতোপ্পা ওইবা মায়কৈ খরা চংই। করিগুম্বা ঙ অদুগুম্বদা মেতিরিএলিজম অসিগী মতম নুং ইপা পৃথিবী অসি হোৎনবা মায়দা অনক্লবা মতুং লৈবা পোৎ খরনা শাই। অনিশুবদা পোৎ মচা মচাশিং অসি ( the particles of matter ) মাহৌশানা তুমত্তনা লৈ ( inert জড় ) হয়, তুমত্তনা লৈবা মরম্মা মপানগী ওইবা শক্তি অমনা ইন্দ্রদি লোংহনবা অমসুং হোংহনবা ঙমদে। অহুমশুবদা পোৎশিংনা হাংলিবা, লেঙলিবা অসি তোঙান তোঙানবা পোৎশিংগী মেকানিকেল ইন্তরএক্সননি হায়। মরিশুবদা পোৎ থুদিংমক মশা মশাগী ওইবা তোপ্পা তোঙান অকক্লবা

১ Marx : Theses on Feuerbach.

## ডাইঅলেক্টিকেল মেটিরিএলিজমগী নৈনরোল

অমুকন্সু নৈরকই অহুগা শক্তম কয়াদন্সু হোংদোক হোংজিন তৌথি (They come into being, pass away and go through many transformations) পোৎশিং অসিনা লেপ্পা নাইত্রবা অহোংবা পুরকপা, অমুক নৈরকপা অমুক মাংখিবা, লোইবা নাইত্রব মওং অসি প্রকৃতিগী খোওংশিংদা উই। লেনিন-না অশুম্ন ইরম্মী—, "The electron is as inexhaustible as the atom, nature is infinite", [১]

মতৌ অহুগুম্ন সমাজ অসিসু অকক্নবা ইনস্তিটিউত অমগী মথাদা হুপা হুপীশিংনা ওর্গেনাইজ তৌতুনা লৈবা মওং অহু নত্তে। ঐখোয়না নৈনগদবদি চৎলিবা সমাজগী খোওংশিং অসিদা মীশিংনা অমসুং ইনস্তিটিউতশিংনা মশক মগুণ হোংলকপগী মওং অহু কুপ্পা নৈনগদবনি।

অনিশুবদা মেকানিষ্টিক মেটিরিএলিজমদা খাজবা কাংবুনা হায় মহুদি— করিগুম্বা পোৎ অমবু লেঙহনবা তারবদি মপানগী ফোর্স অমনা চিংবা নত্রগা ইনবা অমা চংঙি। খুদম ওইনা মেছিন অমদা পার্ট অমবু অতোপ্পা পার্ট অমগী মতেংনা ইনবা নত্রগা চিংবা য়াওদ্রবদি লেঙহনবা ঙমদে। মেকানিষ্টিক মেটিরিএলিজমদা খাজবা কাংবুনা মত পী,— সংসারদ নৈরিবা পোৎ অসি লেঙহন্নবগীদমক (Supreme being) অমা চংঙি। খিওরী অসিগী মতুং ইন্না পোৎশিং অসি অশিবা পোৎ তৌনা লৌই, পোৎশিংনা লেঙলিবা অসি মপানগী ফোর্স অমনা ইনবা মত্রগা চিংবনসি হায়না লৌই।

[১] **Lenin: Materialism and Empirio—Criticism, Chapter V Section 2**

## ডাইঅলেক্টিকেল মেত্তিরিএলিজমগী নৈনরোল্

য়াকম অসিবু ডাইঅলেক্টিকেল মেত্তিরিএলিজমনা য়েংলি মতুদি পোৎ অমা লৈরবদি মত্তু মশানা লেঙবা শোইদ্রবনি। অদুনা এঙ্গেলসনা হায লেঙবা হায়বা অসি পোৎশিংনা হিংবগী মওংনি। লেঙদবা পোৎ কৈদোংদদা কদ ইদসু লৈথিদ, লৈবসু য়ারোই।

" Motion is the mode of existence of matter ·········Motion in comic space, mechanical motion of smaller masses on the various celestial bodies, the motion of molecules as heat or as electrical or magnetic currents, chemical combination or disintegration, organic life—at each given moment each individual atoms of matter in the world is in one or other form of motion or in several forms of them at once. All rest, all equilibrium is only relative, and only has meaning in relation to one or other definite form of motion. A body, for example may be on the ground in mechanical equilibrium, may be mechanically at rest; but this is in no way prevents it from participating in the motion of the earth and in that of the whole solar system ·· ·Matter without motion is just as unthinkable as motion without matter." [১]

পোৎ অমা লৈরবদি লেঙবা শোইদ্রবনি, অরেঙবা থুদিংমক পোৎ ওইবা তাবনি।

পৃথিবী অসি " Supreme being" অমনা শেম্বরা? পোৎশিং অসি কদাইদগী হোরকই? লেঙবা—হোংবা হায়বসিনা কনানা

১ Engels: Anti—Duhring

## ডাইঅলেক্তিকেল মেতিরিএলিজমগী নৈনরোল

হৌদোকললকপনো ? অসিগুম্বা প্রশ্ন ময়াম অসিনা মী অয়াম্বব চম্মনহল্লি অমম্মং জ্ঞান মাংহল্লী।

রাহং অসিগী পাওখুমদি—পৃথিবী অসি হ মা ংগুল চেনব লাইগী শাইওনগুম্বা 'Supreme being' অমনা শেম্বা নত্তে। পৃথিবী অসি পোং বয়ামুক্তা পুনশিল্লগা শেম্বনি। পোংপু নৈরবদি লেঙবা শোয়দ্রবনি। লেঙবগী হৌরকফম তোঙাম্না থিরুবা মতম মাংনবনি হায়বা ডাইঅলেক্তিকেল মেতিরিএলিজমগী অচেৎপা মত কোংদোকই। ঐখোয়না করি অমত্তা লেঙদে হায়না খল্লিবা পোংশিং অসি মশা মশানা মতম চুপ্পদা লেঙছনা নৈরিবনি।

মরম অতনা সমাজ অমগী চাওখৎ খোংথাং অসি নৈনবা মতমদা অচৌবা মী থরগী অচৌবা রাখলনা তুমডুনা নৈবা মীযাম্না হৌদোকপনি নত্রগ মপানগী ফেক্তর ( External factor ) নত্রগা এক্সিদেন্ট ( Accident ) না থোকহনবনি হায়বা তারবদি মসি পুংচুম চুম্বা রাকমদি নত্তে। সমাজ অতুগী মনুংদা চেম্মজরিবা ঈচলগী শাক্ত ( internal forces of society itself ) অতুগী মৎক্তা সমাজগী ওইবা পোথোক পুথোক্রবগী শক্তিশিং অসিনা থোকহনবনি। অম্না হায়রবদা reformer থরগী মঙ চুমহনবনা নত্তে। কেপিতেলিজম সমাজ অমা নৈবা তারবদি সমাজ অতুগী মনুংদা চেল্লিবা অশোয়বা ময়াম অসিগী মতেংনা সোসিএলিস্ত রিভোলুসন অসি শোয়দ্রবনি।

পোৎশিংনা লেঙবা হোংবগী মওং হোংজু য়াদবা রাখলদি অসিনি,— পোৎ মচা মচা ময়াম অসিনা মকম হোংলিবা অসি মপানগী শক্তি নত্রগা শাক্ত অমনা লেঙহনবনি। অতুগা পোৎকী তোঙান তোঙানবা শরুকশিংনা অমগা অমগা হজিন হজিন্না ইন্তরএক্সন তৌনবননি।

## ডাইঅলেক্তিকেল মেত্রিরিএলিজমগী নৈনরোল:

ডাইঅলেক্তিকেল মেত্রিরিএলিজমনা মেকানিষ্টিক মেত্রিরিএলিজমগী অশোয়ববু পুথোক্লগা অস্নুম্না পল্লি,— পৃথিবী অসি হান্না শেম শাদোক্তুনা থম্লবা পোৎ থরা পুনশিল্লগা শাবা নত্তে। পোৎশিংনা লেপ্পা নাইত্রবা হোংদোক হোংজিন তৌবা থৌওং কয়ানা পুনশিল্লগা শাবনি। পোৎশিংনা ইচম চম্বা অহাংবদগী থর হেন্না লুশিন্বা মওংদা হোংদোক হোংজিন তৌই। হৌজিক্তি ডাইঅলেক্তিকেল মেত্রিরিএলিজমনা হেন্না হেন্না চুমলকই হায়বসি বিজ্ঞানগী মতেংনা হেক হেক প্রমাণ তৌরকই।

## ইভোল্যুসনগী বাখল: ( The idea of evolution )

মেকানিষ্টিক মেত্রিরিএলিস্টশিংনা পৃথিবী অসি মতম চুপ্পদা চপ মান্নবা মওংদা লৈ হায়না মত্ত ফোংদোকই। পৃথিবী অসি অচৌবা মেছিন অমগা চংদোন্ন। মথায়গী মত তা থরান্মিচাক সৌরজগৎ অমস্তু: পৃথিবী অসিনচিংবা ময়াম অসি মতম চুপ্পদা অহোংবা নাইদবা পোৎতৌনা লৌই। মতম থর লৈরগা ইভোল্যুসনগী বাখল অমুক লাকপা তৌরকলে। বাখল অসিগী মতুং ইন্না সংসার অসি হোংবা নাইত্রবা মওং নত্তে। মতম চুপ্পদা তপ্না তপ্না চাওথৎ খোঙথাং অমদা চংলি।

থরানমিচাকশিং অসি চায়থারবুনা লৈবা গ্যাসকী মপৈনা শাবনি। থরানমিচাকশিংনা থাক থাক নাইনা তপ্না তপ্না ইভোল্যুসনগী থৌওং অমদা চত্থবা ডাক্তনি হায়। তুমিৎনা সৌরজগৎ হায়বা মশাগী গ্রহ শেম্মকই। মতৌ অস্মুন তৌহুনা পৃথিবী অসি পোক্লকই। পৃথিবীগী লৈনায় অসিনা অস্মুম ইংথরকপদগী কেমিকেল কম্পাউন্দশিং শেমলকই। য়াম্না শাবা থরানমিচাকশিংদদি মসি শেম্বা ঙমদে।

## ডাইঅলেক্তিকেল মেত্তিৃয়রিএলিজমগী নৈনরোল

পোংশিং অসিনা হান্না লৈরমদবা অনৌ অনৌবা মওগশিং উৎলকই। খুদম ওইনা কার্বোন এটোম কয়া পুনশিল্লগা ওর্গেনিক মেত্তর ( Organic metter ) শেম্লকই। ওর্গেনিক মেত্তরদগী অহিংবা cell কয়া পুনশিল্লগা অশাংবা ইভোল্যুসন অমগী মতেংনা মীওইবা জাৎ হায়বসি ওইরকই। মী লৈরবনিনা মীওইবা সমাজ অমা লৈরকই। সমাজ অসিনা মথং মথং চাওখৎলকপগী ফলনা কেপিতেলিস্তকী জ্ঞান লাক্লে। হায়রিবা থাক অসিনা অরোইবা নত্তে। সোসিএলিস্তকী থাকশু অমুক লাকখিগনি।

মাক্সিজমনা কয়া হায়রিবা মতাংদি অসিনি,—পৃথিবীদা লৈরিবা পোৎ খুদিংমক চাওখৎপগী খোঙথাংদা চংশিল্লি হায়বা অসিবু নত্তে। সংসারদা লৈরিবা পোৎশিংনা হোংলক্লিবা অসি মতৌ করম্ন মেত্তিরিএলিস্তকী মীৎয়েংদা মচা খায়না খঙহুনা তুংগী লম্বী উশিনবা অদুগ লোইন-লোইননা তুংগী অকবা করম্ন পুরক্কদগে হায়বা অসিনি। মাগী র বৈশিং অসি ওসিদি অমম্বা লম্বীদা ডাম্না থানবা থাজমৈগুম্বনি।

## চাওখৎলকপগী মতাংদা আইদিএলিস্তকী মীৎয়েংনা করিনো?

বুর্জুয়াগী পুকচেল চেনবা ফিলোসোফরশিংনা সংসারগী চাওখৎলকপা খোংথাং অসিদা করম্বা মীৎয়েংনা থম্বগে? Herbert Spencer না হায়,—"Incomprehensible and Omnipresent Power" অমগী মতেংনা পোৎশিংনা পুনশিল্লগা চাওখৎলকপগী খোঙং অসি লাকপনি। Henri Bergson না হায়রম্মী,—পোৎ খুদিংমক ইভোল্যুসন তৌরকই। খোকহল্লিবা অসি "Life Force" নমি। হন্দক্তা ইকুই কুইদনা বৃটেন্দা "emergent evolution" হায়বা ফ্রেজ অমা শেমগ্রে। নখোয়গী মত-তা চাওখৎলকপগী

খোঙথাংদা অনৌ অনৌবা পোংকী মওং পোক্লকই।  খোরক্লিবা অসি Prof. C. Morgan না মচুং ইরা ঈখয়না খোকহনবনি হায়রি।

## ডাইঅলেক্তিকেল মেত্তিয়রিএলিজমশিংনা খনবা মওং :

ডাইঅলেক্তিকেল মেত্তিয়রিএলিজমদা থাজবা কাংবুনা মথাগী অময়া মত কোংদোকই,—অহানবদা সংসার অসি অওনবা অহোংবা নৈতবা মখলগী চাওখৎ খোঙথাং নত্তে। অতুগা লুহোং খোঙথাংদা চাং অমা নাইনা চখররকপা মওংন্তু নত্তে। সংসার অসিদি তপা তপা ইত্তোলুপসনগী ওইবা অহোংবা খোঙং অমদা চৎপগী মথক্তা অরিগুবা কিত্তম অমদগী কিত্তম অমদা খংচোং চোংখিবা তাকক য়ায়া য়াওবা খোয়াংশিংতনা থল্লি। অমিত্তবদা সংমায়গী চৎলিবা নিয়ম কান্নুনশিং অসি আইদিএলিস্ত কাংবুনা থাজবা ঈখয়না খেঙকহনবনি হায়বসি ডাইঅলেক্তিকেল মেত্তিয়রিএলিস্তশিংনা য়ানিংদে। খোদোক-শিং অসি পোৎ অমগা পোৎ অমগা মুক্লবা ( Contradiction ), য়ানশিনবা ভিনশিনবা থাইদোক্লবা নকশিনবা, থাপত্তোক্লবা অমসুং চিংশিনবা শক্তিশিং অসিগী মথা পোনবা তাকনি হায়না য়ায়া চেৎনা থাজবা কোংদোকই।

প্রকৃতিগী খোঙশিংদা অমগা অমগা মুক্লবা, তোঙান তোঙায়া তায়রিবা মওংশিং অদু খংনবা হোৎনরিবা রাখল অদু ডাইঅলে-ক্তিকেল মেত্তিয়রিএলিজমকী চংদবা য়াত্রবা রাখলনি।

"In its proper meaning, dialectics is the study of contradiction within the very essence of things." "Development is the struggle of oppsites." ১

১ Lenin : Philosophical Note books.

## ডাইনলেক্তিকেল মেতিৢরিএলিজমগী মৈথোল

## (৬)

## ডাইঅলেক্তিক্স অমসুং মেতাফিজিক্স

মেতাফিজিক্স হায়বসি করিনো? মসি পোৎশিংগী তোঙাম্না তাবা য়াথন অমনি হায়বা য়াই। মেতাফিজিক্সগী মীৎয়েংদা পোৎশিংগী মতম থম্না হংদোকই। খুদম ওইনা "মীওইবা হায়বসি মথোঙ অমি পাল্লি হায়বা তায়বদি মীদা য়াওরিবা অচৌ অতোপ্পা মতমশিং হায়রবদি মকোক, পাম্বৈ য়াচিংবা পোৎশিং অসি হপ্লে রুম্বী।"

অতোপ্পা খুদম অমনা মীওইবা কাংবুগী তোঙাম্না লৈজরবা মতম অমসুং মতম পুরমক্তা চপ মান্নবা লমচৎ শাজৎ লৈবক্তা নৎতনা হায়-রিবা শাজৎ অসি লৈরিবা সমাজ অহুদগী তোঙাম্না তাহনা লৈ হায়রবা তারবদি মহু অয়ানবা মেতাফিজিকেল ওইবা হায়বদি কমজিল্লবা য়াথসনি। য়াকম অসিবু ডাইঅলেক্তিকেল মেতিৢরিএলিজম্না য়েংলি,— মীওইবগী লমচৎ শাজৎ অসি লৈরিবা সমাজ অহুদগী তোঙাম্না তাবা য়াজে, সমাজ অহুগী চাওখৎ খোঙথাংগী মতুং ইন্না মীওইবগী লমচৎ শাজৎ অসি হোংঙকই।

অতোপ্পা খুদম অমনা বক্তিতা পীবদা হৈরবা মীওইশিংনা অমসুং লাইরিক ইবশিংনা অশেংবা গনতন্ত্রগী মরমদা য়ায়া তোয়না পল্লি। মসি মেতাফিজিকেল ওইবা য়াথলনি মরমদি হৌজিক লৈরিবা সমাজ অসি কাংলুপ কয়ামুক লৈ, থরনা ইনাক খুল্লি, থরনা লাইরৈ, থরনা পীকই, থরনা চাওই। কিতথ অমিকা কনাগী গনতন্ত্রনো? হন্না য়াথা য়াহংনি। মীয়াম্বু নৈহৎলিবা মীশিংগী অনিং মনিংকা তোনা গনতন্ত্রবা? নত্রগা তুহৎশিনবা মীশিংগী গনতন্ত্রবা? [illegible]থোয়না থৎ-লোবাগ গনতন্ত্র অসি গোজন বৈণ্টি মথল অমনি। অকন্নবা কাংবু

অমসা য়ায়েল চুপ্পী অসি পাই। মরম অহুনা হয়াং মমক্তনা নাংবগী চান্না তানজরিবা মীওইশিংমা থৃকি শারবা, য়ায়েল শথাপ ওইবা গনতন্ত্রনা কেপিতেলিস্ত গনতন্ত্রদগী থর হেন্না কথা হেন্নি। মীনাই লোইবা গনতন্ত্রদগী কেপিতেলিস্ত গনতন্ত্রনা থাক য়াংবা হেন্নি।

অয়াথা মতমদা বৃটিশকী স্কুলসিংদা "Intelligence test" হায়রুনা অতা সিংবু চাং য়েংবগী থবক তৌই। চাংয়েং অসিনা মথাগী ওইবা অকনবা I. Q. লৈতৈ হায়না মত কোংদোকই। অতাং অহূ করবা কিতমদা য়োকথংলকপগে হায়রমু করি অমতা থমবিদে। মহাক্না মতুংদা করি করি অহোংবা কগংলকপা য়াথা করি অমত্তা থমদনা "Intelligence test" অতুগী কলমা মাগী মরাইবক অচ্চ লেপথোকই। মসি মেতাফিজিক্সগী খুদম অমনি। মতৌ অসুম তৌনা অয়াথা অতাংবু 'Intelligence' নেম্মী হায়রুনা লাইরিক লাইত্ত জন্মগী খুদোংচাবা কয়াম্ব মাংহনখি। মেতাফিজিক্সগী য়াথলদা মী অমসুং পোংশিংগী অকনবা মগুণ লৈ, মখোয়গী তৌবা ওবা শক্তিগী চাংদু হেক্তা লেপ-থোকই। মসি অকনবা এলজেব্রা ( Algebra ) গী কোমূলা অমদা হেক্তা পানশিন্নি। মেতাফিজিকেল ওইবা য়াথল অসি অয়ানবা করাসি য়াওদবা নত্তে। মথকী খুদমশিংদগী ঐখোয়না থংবা ভমদে, মেকা-নিস্তিক মেতিরিএলিজমগা মেতাফিজিকেল মেতিরিএলিজমগা থোইনা থেমদা লৈতে।

মেতাফিজিক্স চৎবা য়াথলগী মাইয়োক্তা ডাইঅলেক্তিকেল মেতিরি-রিএলিজম্না প্রকৃতিগী থৌওংশিংদা অশেংবা করি করি অহোত্তবা লাকপগে অহুমা পোৎশিংগী মরক্তা অমগা অমগা করি মরি লৈনথগে [illegible] কুপ্পা লৈনৈ। ডাইঅলেক্তিকেল মেতিরিএলিজমগী ফংলোংবা [illegible] "dialego": হায়বা গ্রীকী য়াহৈ অমদগী হৌরকপনি।

মসিগী অর্থদি খম্ন-নৈনবা, কান্নবা মরৈ য়েংনবা ছায়বনি। ঐখোয়না করিগুম্বা অচুম্বা অমা পুরক্নে হায়রবদি হিরম থুদিংমক অসি মাইকৈ থুদিংমক্তগী কাচিন-কোয়া য়ৌনা খম্ন-নৈনবদগী খোকই। থায়নগী য়াম্না হৈ-শিংলবা সোক্রেটিস-মু খম্ন নৈনবগী থবক অসি য়াম্না তে'ইনা পাংথোকই। অমুম্না থৌওং কয়া কুপ্না নৈনবা অসি মাক্সিষ্ট সিস্তেমনি।

## মেতাফিজিক্সগী অমা নত্রগা অমা ( Either-or )

মেতাফিজিক্স-গী ( মথক্তগী পনথে ) মত্ত মতুং ইন্না পোৎ অসি অমগা অমগা তোঙান তাহ্না নৈ অতুগা পোৎশিংগী অকক্কবা মওং নৈ হায়না লৌই। মতৌ অসুম্না এঙ্গেলসনা হায়,—

"To the metaphysician, things and their mental images, ideas, are isolated, to be considered one after the other, apart from each other, rigid fixed objects of investigation given once and fcr all. He thinks in absolutely irreconcilable antitheses. 'His communication is Yea, yea, Nay, nay, for whatever is more than these cometh of evil'. For him a thing exist or it does not exist; it is equally impossible for a thing to be itself and at the same time something else". [১]

খুদম ওইনা অমুবা উচেক থুদিংমক কাক তাক্তনি হায়বা অহুগা অঙৌবা উচেক থুদিংমক উরোক তাক্তনি হায়বা কমজিন্নবা য়াথল চেনবা মীওই য়াম্না নৈ। খুদম ওইনা হায়রবদা 'Leftist leaning' নৈবা মীওই থরনা মীওই থরবু "Rightist" হায়হ্না খন্দোক্তনা

[১] Engels: Anti—Duhring, Introduction.

থম্মী হায়না লৌরসি। মখোয়শিং অসি পুক্তি চুম্নগী "Rightist" ওইরগনি হায়না লেপখোকপা অসি চুম্মবরা? মমাংদৈদা মী খর 'Leftist' গী মাইয়োক্তা থবক তৌখি হায়জনা সেভ্রান্দস্ত মাখায়দা মীচং ওইবা শুকয়া য়াররোই হায়না রা তুপখোকপা অসি পুক্লিদা মেতাফিজিকেল আউটলুক নৈবা কোই।"

মেতাফিজিসিয়ান অমনা পোং খুদিংমক্কী কোমুলা অমমম নৈজে,—
"Either this formula fits or it does not. A thing is either this or that; it has either this set of properties or that set of properties.

"অমা নত্রগা অমা" হ য়বা মেতাফিজিক্স-গী কোমুলা অসি অরানবা অমমুঃ খুদোংখিবা মাইকৈদা তোইনা তোইনা লমজিংখি। মতাং অসিদা কেপিটেলিস্ত ষ্টেতশিংগা সোসিএলিস্ত ষ্টেতশিংগা শান্তি ওইনা পুন্না হিংমিন্নবা য়াবরা হায়বগী রাহং অসিদা মেতাফিজিক্সগী কোমুলা পুখোরকই। কোমুলা অদুগী মতুং ইন্না মবান্নি অসি পুন্না শান্তি ওইনা নৈবা তারবদি মবান্নিগী মরক্তা য়েংখিনবা অদু তোকপা তাই নত্রগা মখোয় অনিগী মরক্তা য়েংখিনবা নৈবা তারবদি শান্তি ওইনা নৈবা য়াদে।

অদুবু কোমুলা অসিগী মাইয়োক্তা সোসিএলিস্তগী ষ্টেতশিংনা অমমুঃ নৈবাক খুদিংমক্কী শান্তি পাম্বা মী কোটি কোটি কন্নানা শান্তিগী-দমক কন্না হোৎনরবদি শান্তি পুরকপা ওইখোক্তবা নৎত্তে হায়না মত ফোংদোকই।

অত্তোপ্পা খুদম অমনা থায়নগী মেচরেলিস্ত-শিংনা (মেতাফিজিক্স-গী মীৎয়েং নৈবা) হায় উচেকশিংগা Mammal শিংগা খেন্নবা অসি উচেকশিংদি মরুম কোকই হত্তুগা Mammal শিংদি মরুম

## ডাইআলেক্তিকেল মেত্রিয়লিজমগী নৈনরোল

কোক্কে। অমুবু য়াম্না মোল্লিংলিবদি Platypus কসি মরুম কোকপা mammal নি : মসিবু ব্যাখ্যা তৌবা ভারবদি উচেকশিংগা mammal শিংগা ইভোলুসনগী মরি লৈনবনি হায়বা ভাই।

ঐখোয়না চেকশিন্না খনগদৌবদি করিগুম্বা খিওরী অমা নত্রগা য়াথল অমা ফিভম খরগী মথদা প্রোগ্রেসিভ ( Progressive ) ওইরগা মতু মরুম লৈবা খিবিক্কা প্রোগ্রেসিভ ওইদ্রবা লৈগনি হায়বা য়াদে। মরমদি ফাওবা ফিভম অমা লাকপা মতমদা রিএক্সনরি ওইরকপা য়াই—হায়বদি চাওখৎ-খোঙথাংগী কাংখোং অসি মনিং হংহনবা য়াই।

## ইউনিতি এন্দ স্ত্রগল ওফ ওপ্পোজিতস
## ( Unity and struggle of opposites )

ঐখোয়না পোৎশিংগী মরি অসি য়েংলুরবদি ওন্ন-তৈনবা কয়ানা থল্লি। খুদম ওইনা মেথেমেটিক্স-তা তিমশিনবা অমসুং থাইদোকপা; পোৎ অমগা অমগা নকশিন্নবা অমসুং থাপতোক্নবা ; Organic life ভনা ওর্গ নিক কম্পাউণ্ড অমা শাগৎলকপা নত্রগা কায়থখিবা ; পোৎশিংগী ইলেক্ট্রিক প্রোপরটি থম্নরুরবদি পোজিটিভ নত্রগা নেগেটিভ ইলেক্ট্রিসিটিনি। য়োৎচাবী ( magnet ) অমগী পোল অনি ভুই। অমনা নোর্থ পোলনি অতোপ্পা অমনা সাউথ পোলনি। মতৌ অমুম ভৌত্রনা কেপিতেলিস্ত সমাজদা লেবরবু এসপ্লোইটেসন হেক্সৎলকপা অদুগী অমরোমদা কেপিতেলবুনা অমুম অমুম সেনত্রেলাইজেসন তৌবা অমুম অমুম হেনগৎলকপা ভাখনি। পুম্নমক অসি য়েংলুরগা লেনিননা অমুম্ন ইরম্মী ; থৌদাক খুদিংমকী য়াম্নদবা, মুক্নবা শরুকশিং অমুগা থংবা হাপ্নসি চাওখোৎলোমগী চেদবা য়াক্রবা মচংনি।

ডাইঅলেক্তিকেল মেত্রিয়ালিজমগী নৈনরোল.

Dialectics consists in "the recognition (discovery) of the contradictory, mutually exclusive, opposite tendencies in all phenomena and processes of nature, including mind and society". [১]

## ডাইঅলেক্তিসগী অশঙ্বা বারোল :—

অহানবদা মেতাফিজিক্সগী ওন্না-তৈনবদ, ডাইঅলেক্তিকেল মেত্রিয়ালিজম্না তোঙান তোঙান্না তাহুনা লৈবা পোৎশিংগী পুনশিনবা থৌওং অমনি হায়না লৌদে। পোৎশিং অসি অমগা অমগা মপান তাংনৈ, অমমা অমগী মথা পোনৈ অমম্বুং মগুণ লেপ্লে।

অনিশুবদা মেতাফিজিক্সগী ওন্না-তৈনবদা ডাইঅলেক্তিসনা হায়রিবনা পোৎ খুদিংমক মতম লৈবা খিদিক্তা লেংই অমম্বুং হোংই। মকম থরদা করিগুম্বা পোৎ থর শেমগৎলকই অমম্বুং চাওখৎলকই অদুগা করিগুম্বা পোৎ থরনা শিথরকই, নিংথাইরকই অমম্বুং মাংখি।

অহুমশুবদা ডাইঅলেক্তিসনা চাওখৎপগী থৌওং অসি ইচম চম্বা 'growth' অমনি হায়না লৌদে। চাওখৎপা হায়বসি চাদা হেন্‌ঙৎপদা নৎতনা মগুণদম্বু হেন্‌ঙৎলকই। ফিভম অমদগী ফিভম অমদা থংহো হোংখিবম্বু য়াম্না য়াওই। কান্তিতিদগী কালিতিদা ওল্লকই হায়বসিনি।

মরিশুবদা মেতাফিজিক্সকী মাইয়োক্তা, ডাইঅলেক্তিসনা হায় মহুদি চাওখৎপা হায়বসি অনৌবদগী অন্নাংবা থাক্তা চাওখৎলকই। পোৎশিংগী মমুংদা লৈজবা মুক্কবশিং অদু মথৌ কোংদোকলকপদগী অমদি মুক্কবা অদুনা য়ুম্ফম ওইরদুনা তোঙান তোঙান্না তানিংবা লৌচিংগী থৌরিচিংনবা হৌরক্তুনা মমৈ থংদা চাওখৎলকপা অসি ওইরক্লবনি।

---

[১] Lenin : Philosophical Notebooks, On Dialectics.

খোঙ্‌জিং অসি অমগা অমগা মরী নৈনৈ হায়বগী মতাংদা খুদম থরা পনবা য়াই। লৌমী শিন্মীশিংনা অন্দোলন তৌরকপা মতমদা চুবা হায়বা মতম নৈ অহুগা অতোপ্পা মতম অমদা লানবা য়াই। হায়রিবা রাকম অসি মকম অমন্তু মতমগী মতুং ইন্না বিচার তৌবা ডাই। মরম অদুনা লৌমী শিন্মীশিংগী লুচিংবশিংনা খংগদবদি পাং-খৎকদবা পোলিসি মেত্তর য়াংলকপা মতমদা চাওরং য়েংবা প্রিন্সি-পলশিংবু য়াম্না মরু ওইনা য়েংলোইদবনি। মরমদি পাথাপ অদু মতাং অমদা চুবা য়াই অদুগা মতাং অমদা লানবা য়াই। তশেং তশেংবা ফিভম অদু য়েংদনা পোলিসি লেপথোকপা য়াদে হায়না মত কোং-দোকই। মসিগী মতাংদা লেনিনগী ঋীৎ খংপাং পাঙহনবা মথংগী য়াহৈশিং পাবা ডাবনি।

"Of course, in politics, in which sometimes extremely complicated - national and international relationships between classes and parties have to be dealt with . . . . it would be absurd to concoct a recipe, or general rule . . . . that would serve in all ceses. One must have the brains to analyse the situation in each separate case." [১]

মার্ক্সিষ্ট থরনা নৈরিবা ফিভম অদুগী মতুং ইন্না পোলিসি য়াংপা অদুগা অতোপ্পা ফিভমগী মতুং ইন্না পোলিসি হোংবা হায়বসি কম্যুনিস্ত "Opportunism" নি হায়না লৌই। অদুবু হায়রিবা রাকম অসি লৌমী-শিন্মীশিংগী প্রগলগী লাঙ্গং অমন্তুং লানগী মওংনি হায়বা য়াই। লৌমী শিন্মীশিংগীদমক খুদোংচাবা লৌথা হায়বসি করিনো? মসিগী পাউথুমদি :—

[১] Lenin : Left wing communism. Chapter VIII.

ডাইঅলেক্তিকেল মেত্তিরিএলিজমগী নৈনরোল,

"It means subordinating the long-term interests of a working class as a whole to the temporary interests of a section, sacrificing the interest or the class to defence of the temporary previleges of some particular group."

ষ্টেতকী শক্তি হায়বদি মীয়ামগী শক্তি অসি লৌমী-শিন্মীশিংগী মথুংতা শিন্নরবা মতমদা সোসিএলিস্ত বেসনেলাইজেসন হায়বচু লাকনি।

অত্তুগা য়াকম অমনা "concept of fairness" হায়বা য়াওং অসি রাজনীতিগী মরৈনা ইতৎ ততুনা থংলি। য়াকম অসিদা ইতৎ ততুনা মরৈ য়েংনৈ। হায়রিবা মরৈ অসিদা শিক্তিম্নরিবা প্রিন্সিপল অছু অসিনি,—"What is sauce for the goose is sauce for the gander" মী খরনা লাওই মতুদি কেপিতেলিস্তকী নৈবাক অমদা থবক শুরিবশিংনা কেপিতেলিজম পামদে, সোসিএলিজম পাম্মী হায়বগী স্বার্থদা অন্দলোন তৌবগী অধিকার অছু পীবা তারবদি সোসিএলিস্তকী নৈবাকশিংদসু সোসিএলিজম পামদে, কেপিতেলিজম পাম্মী হায়বগী অধিকার পীগদবনি হায়। হায়রিবা মরৈ অসিনঃ অয়াম্বা মীশিংগী স্বর্থ য়েংনা থবক তৌগদরা? নত্রগা মী খুজোক থরগী হুংডাই য়াইফনবগীদমক্তা থবক তৌগত্রা হায়বগী মতাংদা থেম্বা করি অমতা তাক্তুবা মরম্ম "concept of fairness" অসি অশোয়বা য়াম্মা নৈ।

তাঙ্কক অসিদা ডাইঅলেক্তিসগী অনিশুবা প্রিন্সিপলগী খুদম থরা নৈনবা য়াই। প্রিন্সিপল অদুগী মতুং ইন্না ঐখোয়না পুক্নিং চংগদোবা থর নৈ,—ঐখোয়না হৌজিক হৌজিক্কী নৈরিবা সমাজগী ফিতম অসিদা তাওহুনা পেদ্দোক্তুনা নৈগদবা নত্তে। ঐখোয়না

ডাইঅলেক্তিকেল মেত্তিরিএলিজমগী নৈনরোল,

পুক্সিং চংগদবদি অনৌ অনৌবা করম্বা চাওথংলক্লি হায়বসিনি। থুদম ওইনা রুশিয়াগী সমাজদা মমাংৈডদা বোলশেভিকশিংনা লৌমী-শিন্মীগী কাওলুপশিং অসি হৌজিক হৌজিকমক মপাঙ্গল শোনজরবনু নোংমা নোংমগী মপাঙ্গল কনথংলকলিবা অনৌবা শক্তি ওইনা উই। অদুগা লেমহৌরিবা কাংবুনা অম্নিবা সমাজগী শক্তিদুদা পেনথোক্ক্‌না লৈথোকই। মতৌ অদুগুম্না মণিপুরদনু "মণিপুর সনা লৈমরোম" হায়না ঊৈশ শক শক্ক.না পেনদুনা লৈথোকপগী মহুৎতা করম্বা অনৌবা মপাঙ্গল লৈবা অচুম্বা শক্তি কাওগংলক্লিবগে হায়বদু কুপ্না য়েংশিনবা মতম ওইরে।

অভোম্বা মৈমগদবা য়াকম অমনু লৈরি,—মী থরনা থল্লি মদুদি ডাইঅলেক্তিকস হায়বসি হান্নবা মাংজৌননা য়াংথোক্লবা থৌশিল ভাক্তুনি। মসিদা পোং থুদি মক সাচা নত্রগা নমুনা অমদা লোইনা পানশিনবা য়াই হায়না লৌই। হায়রিবা য়াকম অসি তশেংবা ডাই-অলেক্তিসকী মতু ঃতুং ইন্নদি পুমলাল লান্নবা য়াকমনি। মার্ক্সিজমগী থাইদগী হেন্না চংদবা য়াত্রবা মচংদি,—"The concrete analysis of concrete conditions" মসি লেনিনগী নোংথাংগুম্না ভাম্বোক-হনবা য়াহৈশিংনি।

জারিস্ত রুশিয়াদা (Tsarist Russia) দা, মেনশেভিক্না অমুম্না হায়নৈ,— সোসিএলিজম লাক্রিৈডদা কেপিতেলিজম হান্না লাকদবনি। মথোয়না হায়—কেপিতেলিজম অসি থম থেংনা চাও-থংলবা মতুংদা সোসিএলিজম লাকনি। মরম অদুনা মেনশেভিকশিংনা কেপিতেলিজম অসি চাওথংহন্নিংতি। মদুগী কলনা মেনশেভিকশিংনা লিবরেলস রাজনীতিয়ালাশিংদা মতেং পাংশিল্লি অদুগা লৌমী-শিন্মী-শিংবুনা কেক্টরীদা মথায়গী ফিভম থম্না কগংহল্লগা তোল্লসি হায়না

## ডাইঅলেক্তিকেল মেত্তিরিএলিজমগী নৈনরোল

খেমজিল্লি। খোরাং অসি অপংবা খোরাংনি হায়না লেনিন-না মক্ত ফোংদোকই। লেনিন-না হায় লি রেলশিং অসি লৌমী-শিন্মীশিংনা কিহল্লবদি, জারগা মীচং ওইখিবা মশানা ডাবনি। অদুগী মতুংদা লৌমী-শিন্মীশিং অসি পুনশিল্লগা জার অসি লংখাইবা ঙমগনি। মদুগা লোইনা লোইননা কেপিটেলিজম কাইথগনি অমসুং সোসিএলিজম শাগৎলকনি।

নোংচুপথংবা ইউরোপিয়ান লৈবাকশিংদা য়াম্না ত্তোয়না হায়নবা রাকম অমা লৈ মদুদি কম্যুনিজম লাক্লিউবদা ফেসিজম হায়না লেপ্-লবনি। অহানবদা কেপিটেলিস্ত অসিনা ডিমোক্রেসি থাদনি লকনি অদুগা ফেসিজমগী সুপ্রম সাসন ত্তোরকনি। মতাং অসিদা থুংসুনন তানজরিবা মীওই কয়ানা ফেসিষ্টকী সুপ্রম সাসন অসি লথাদনি। হায়রিবা মত্ত অসিদা কম্যুনিস্তশিংনা য়ানিংদবা ফোংদোকই। খংয়গী মত্ত মতুং ইন্নদি বুর্জ্জুয়া ডিমোক্রেসি অসি অসুম লোংদনা লৈহনবা অদুগা ফেসিষ্টশিং অসিবু মাইথিবা পীনবা কম্যুনিস্তশিং অমসুং ডিমোক্রেসিবু পাহজবা মীওইশিং অমত্তা ওইনা পুনশিন্দুনা কয়া হোৎনবা হায়বসিনি।

অরোইবদ, ঐ.খায়না করিগুম্বা মতমদা মরৈ ত্তৌনবা তোইনা কাংডি মদুদি কেপিটেলিজম অসিদি লালগা পাঙথক্লি। মরম অদুনা লাল অসি শোইত্রবনি। ইম্পিরিএলিস্তশিংবা লালগী মতেংনা পৃথিবী অসি জয় তৌগনি হায়না খল্লি। অদুবু ঐ.খোয়না খংলবদি লাল ত্তোবা তারবদি মী চংডি। ইম্পিরিএলিস্তশিংনা অদুক্কী মতিক লাল পাম্লিবা মখৈ, অদুক্কী মতিক মখোয়না মী অতৈবু হাংগা তুম্না, ৎপা নৈবা পাম্লিবা মখৈ, ঐখোয়না করিম্নু খংজরবা লৌমী-শিন্মীশিং অদুগা নোংমগী থুংসুমম্না হিংজরিবা মীওই থুদিংমক্কা অমত্তা ওইনা পুনশিনবা

অসি তঙাই কদে। শান্তিবু পামজবা পৃথিবীগী মীওই থুদিংমক্তা অমতা ওইনা পুনশিল্লগা লালগী মাইয়োক্তা লেপ্পা তাবনি অমসুং থিংবা তাবনি।

লেনিনগী অপঙবা মীয়ামবু মীৎ-না শিংনা থম্নবগীদমক্তা কাউবা ঙমত্রবা অর্থ চেল্লবা মথাগী য়াহৈশিং অসি নিংশিংবা য়াই,—

"Genuine dialectics," Lenin wrote, proceed "by means of a thorough, detailed analysis of a process in all its concreteness. The fundamental thesis of dialectics is : there is no such thing as abstract truth, truth is always concrete." [১]

## (৭)

## চাওথৎ-খোঙথাংগী কাঙলোন্

ঐখোয়না চাওথৎলকপা হায়রগা খংনরিবা অসি চাংদা হোংবা হায়রবদি মশিংদা হেঙ্গৎলকপা নত্রগা তাথরকপনি। মরম ওইহুনা মগুণদা হোংঙকপা হায়রবদি করিগুম্বা ইনৌ মোবা অহোংবা অমা পুরকপা অসিবু খংনৈ। পোৎ অমনা চাংদা হোংলক্লবদি মতম নৈবা থিবিক্তা করিগুম্বা তাঙ্কক অমদা মগুণসু হোংলকই। মরম অহুনা চাওথৎলকপা হায়রবসি ইচম চম্বা থৌদোক নত্তে। কান্তিতিদগী কালিত্তিদা ওন্থোরকপা অহুবুনি। পোৎশিংনা মগুণদা অহোংবা পুরক্লবা অসি পোৎশিং অহুগী মসুংদা য়াওজরিবা পোৎচাকশিং অহুগী মুক্লবগী থৌরি অহু চিংনবদগীনি।

---

[১] Lenin : One step forward, Two steps back, Section R Something about dialectics.

## ডাইঅলেক্ট্রিকেল মেত্রিয়রিএলিজমগী নৈনরোল

মরুম অতুনা চাওখৎলকপা ( development ) হায়বগী অর্থদি থাক অমদগী থাক অমদা অওনবা অনৌবা অমা পুরকপা হায়বনি।

চাওখৎলকপা হায়বসিগা চাওবা হেঙ্গৎলকপা ( growth ) হায়বসিগা করি খেন্নবগে ? চাওখৎলকপা হায়রগা খংনরিবদি থাক অমদগী থাক অমদা মশাগী ওইবা নিয়ম-কানুন অমগী মতেংনা অহোংবা অনৌবা অমা পুরকপা অতুবু খংনৈ। চাওবা হেঙ্গৎলকপা হায়বসিনা খংনরিবনা চাংদা হেঙ্গৎপদনি মগুণদদি হেনদে। খুদম ওইনা কেতর-পিল্লর ( caterpillar ) অমনা খরা হেন্না চাওবা কেতরপিল্লর ওংহোকলকপা অতুবুনা চাওবা হেঙ্গৎলকপনি। অতুগা কেতরপিল্লর-দগী কুরাক ওংহোকখিবা অতুনা চাওখৎলকপা (development) নি।

## ক্বান্তিতিদগী ক্বালিতিদা হোংঙকপগী কাঙলোন্ঃ-

অহোংবা খুদিংমক মাগী মাগী চাং লৈ। চাংদা হোংঙকপা হায়বসি তাখবদবু ওইরবসু নত্রগা হেঙ্গৎপদবু ওইরবসু লোইবা খম্বা নাইদনা চংবদি যাদে। চাংদা অসুম অসুম হেঙ্গৎলক্লুনা তাঙ্কক অমদা ( হেগেলনা নোদেল পোইন্ট হায়না খংনবা ) ইখং খংহোদনা মাগী মগুণ অদু হোংঙকই। খুদম ওইনা ঈশিং অসি শাহল্লবদি মতম চুপ্পদা শাবা হেঙ্গৎলক্লুনা লৈতে। করিগুম্বা অকন্নবা অশাবগী চাং অমদা মনিল ওংহোকলকই। অহানবদা ঈশিং ওইনা লৈরম্বা অদু গ্যাস হায়বা তোপ তোপ্পা মগুণ চেনবা পোৎ অমদা ওংহোকলকই। সমাজদসু হোংলক্রিবা মওং কয়া ময়েক শেংনা উই। খুদম ওইনা পৈশা পাইবগী চাং অসি মী থরদনা অসুম অসুম হেঙ্গৎলকই। মতুগী মলনা ইন্দসত্রিজগুম্বা লিংখৎপা হুম্মকই। মী কয়া কয়া থবক

শুহনবা ঙম্মকই। ( Enough people have been proletarianised to provide the labour required ) হায়রিবা ফিভমশিং অসিনা ইন্দসত্রিয়েল কেপিতেলিজম থোক্লকই। অয়াম্বা মতমদা মগুণদা হোংঙকপা হায়বসি খংচোং চোংগল্লি। "Qualitative changes happen with relative suddeness—by a leap."

মরম অহনা কেপিতেলিস্ত সমাজ অসি হোংদোক্কে হায়রবদি সাসন তৌরিবা কাংবু অহবু অভোম্বা কাংবু অমনা মহৎ শিনবা ঙম্নবা মতমতুদা ওইথোকই। হোংদোক্লিবা অহু রেদিকেল ত্রান্সফোর্মেশননি। অনৌবা সমাজ অমা পুথোক্লিবা অহু রিভোলুসন-নি।

প্রকৃতিগী বিজ্ঞান নৈনরুবদগী ঐথোয়না খংলে মহুদি মশিংদা হেন্দোক হেঙিন তৌবদগী অনৌবা মগুণ চেনবা পোৎ অমা থোক্লকই। থুদম ওইনা এটোমগী নিউক্লিয়স অমদা প্রোটোন অমা হাপ্চিনবা নত্রগা লৌথোকপদগী এলিমেন্ত অমদগী এলিমেন্ত অমদা হোংদোকখি। য়ুরেনিয়মগী বোম অমা শাবা তারবদি য়ুরেনিয়ম—২৩৫ হায়বা আইসোতোপ ( Isotope ) অমা চংঙি। ময়াম্না তোয়না উবা য়ুরেনিয়ম ২৩৮ না শাবা নত্তে। পোৎশক অনি অসিনা খেন্নরিবা অসি নিউত্রোনশিংগী মশিং খেন্নরকপনা এটোমিক রেইত (Atomic wt.) তা খেন্নহনবননি। এটোমিক রেইত-তা অমনা ২৩৫ ওইবা অহুগা অমনা ২৩৮ ওইবা অসিনা পোৎকী মগুণদা অমনা বোম ওই অহুগা অমনা বোমগী মগুণ চেন্দে।

চাওখৎ খোংথাং অসি পোৎশিংগী ওম্ন তৈমবা মগুণশিং অসি অমগা অমগা পুনশিনবা অমম্নুং মুক্নরকপদগী থোক্লকই। মসিগী মতাংদা থুদম ওইনা পনবা য়াই মহুদি ঐথোয়না ঈশিং খরবু কেতলীদা

## ডাইঅলেক্টিকেল মেত্যিরিএলিজমগী নৈনয়োল.

শোইনবা মতমদা ঈশিং অহুগী মচাকশিং হায়বদি মোলেক্যুলশিং অসি লেঙবা হেন্‌গৎহল্লি। অহুবু ঈশিং ওইনা লৈরিবা মথৈ ঈশায়দা লৈরিবা মোলেক্যুলশিং অসি থরা পাইথোকপ্রবন্থু লেমহৌরিবা মোলেক্যুলশিং অসিগী চিংশিন্নবা শক্তিগী পান্থৈনা ঈশিং ওইনা অহুম লৈ। ঈশিং অহু শোয়ক্লবা মতমদা মোলেক্যুলশিং অহুগী লেংঙকপা অসি য়াম্না কনখৎলকপদগী মনিল ওইনা পাইথোকখি। মরম অহুনা মোলেক্যুল-শিং অহুগী মরক্তা অমগা অমগা চিংশিন্নবগী শক্তিগা, লাপথোক্লরক-পগী শক্তিগা মুক্নরকপদগী অহোংবা অসি ওইহল্লিবনি। অনিশুবা খুদম্মা ঐথোয়না থৌরি অমা চিংবা মতমদা থৌরি অহুগী পাঙ্গলদগী চিংলিবা অরুবা অহুনা হেল্লকপা মতমদা থৌরি অহু তৎলকই।

স্টেলিননা ডাইঅলেক্তিসগী কাঙলোন অসিবু মথাগী অসুম্না ইরম্মী.—

"Contrary to metaphysics, dialectics holds that internal contradictions are inherent in all things and phenomena of nature; for all have their negative and positive sides, a past and future, something dying away and something developing; the struggle between these opposites, the struggle between the old and new, between that which is dying away and that which is being born, between that which is disappearing and that which is developing, constitutes the internal content of the transformation of quantitative changes into qualitative changes." ১

---

১ Stalin: Dialectical and Historical Materialism.

## ডাইএলেক্টিকেল মেটিরিএলিজমগী নৈনরোল

থুরম মরাম অসিদগী ঐখোয়না উরে মতুদি চাওখং-খোঙথাংগী ডাইঅলেক্টিক্স হায়বসি মত মায়দবা কাংবুশিংগী মপুনবা অমসুং মুক্কবা অসিবুনি। মরু ওইনা মায়কিজমনা নৈনখিবা অসি কেপিটে-লিজমগী সমাজদা ইচম চম্বা কাংবু অনিগী খৎনবা অহু নৈনবা নত্তে। সমাজ অহুগী চৎন-পথাপ অহুদা মথক্তা চিংথাইনরকপা, অশোয়বা অমদি মত থেম্নরকপা মরাম অহু কুপ্না নৈনবনি। অশোয়বা মরাম অসিনা পুল্লগা ডোঙান ডোঙানবা কাঙলুপ নত্রগা কাংবু থোক্লকই। মথোয়শিংগী মরক্তা চিংথাইনবা হৌরকই।

কেপিটেলিজমদা সমাজগী পোথোক পুথোক্নবা পাম্বৈশিং অমসুং সমাজগী পোথোকশিং অসি মী খরতগী পোথোক ওইশিল্লকই। মী থুজোক খরমা থুংক্ত-থুংলাইশিংগী মপু ওইরবনিনা মহাক্না খবক ত্তবা মী নেকপা ডায়রকই। অহুগী মথক্তা শাগক্লিবা পোং-চৈশিং অসি তশেংনা খবক শুজখিবা মী অহুগী ওইদে, কেপিটেলিস্ত অহুগী ওইখি। মরম অহুনা কেপিটেলিজমদা মুক্কবা অমা নৈবা শোয়ত্রবনি। মতুদি করিনো? মীয়ামগী নত্রগা থুম্নাইগী ওইনা পোথোক পুথোকপা অহুগা শেজাও পাইবা মী থুজোক খরতনা পোংশিং অহু কুসি রাসিদা শিজিনবা অসিনি। হায়রিবা মুক্কবা অসিদা মুক্কম ওইরগা প্রোলি-টরিএত কাংবুগা বুর্জুয়া কাংবুগা খৎনবা হৌরকই।

"The contradiction between social production and capitalist appropriation became manifest as the antagonism between proletariat and bourgeoisie." [১]

তশেংনা পোথোক পুথোক্নবা থুংক্ত-থুংলাইশিং অসি সমাজগী-দমক্তা ওইহল্লবদি পোথোকশিং অহুসু সমাজদা করনা শিজিনবা

[১] Engels : Anti—Duhring, Part III, Chapter II.

ওয়্রগনি। অছু ওইরবদি কাংলুপ অমগা কাংলুপ অমগা যুক্লবা অছু মশা মতো·দা মাংখিবা ডাবনি। অছু নত্রবদি শেঙ্গাও-পাইবা মী খরনা শেল পৈশিনখিবা অছুগা অতোপ্পা মাইকৈ অমুদনা লৌমী-শিন্মীশিংগী মীশিং অসি নোংম নোংমগী হেক্তংলকপা অমসুং ওর্গেনাইজ তৌরকপা ডাবনি।

"Centralisation of the means of production and socialisation of labour at last reach a point where they become incompatible with their capitalist integument. The capitalist is burst asunder. The knell of capitalist private property sounds. The expropriators are expropriated."[১]

## (৮)

## যুক্লবা ( Contradiction )

মীওইবগী থুম্নাইগী পুক্তি অসি যুক্লবনা গীক থল্লি। জাতিশিং অমসুং থুমাইশিংগী মনুংদা যুক্লবা অমা নৈ হায়রগ্রি ইতিহাসনা শাক্লিল্লি। থুদম ওইনা, বিতোলুসনগা-কাউতর বিতোবুরনগা, লালগা-শান্তিগা অমসুং চাওখংলকপা-হাইখরকপা ওর অনা চংপা মতংশিং অসি ইখং থংনরবা ডাক্তনি। মসিদম্ম নত্তে মমাল অসিদা মনিংতম্বা মী অমসুং মীনাই, রাইতোং-খমদোংবা অমসুং মীচম, লৌরাখ-চাবা অমসুং লৌমী মীনাই, গীলদ মাস্তর অমসুং শিন্মী, শন্না হায়রবদা নৈহংলিবা অমসুং

১ Marx, Capital Vol. I, Chapter XXXIII.

নৈহংশীন্নবা মখোয় অসি অমগা অমগা লাপ্না তৌহনজ লৈ। কেপি-তেলিস্ত সমাজ অসিদগী শেঞ্জাও পান্নবা কাংবুশিংগা মোংমগী খুৎনুমদ্দ তানজরিবা মীওইশিংগা অমগা অমগা মুক্নবা অমা লৈ। মুক্নরিবা অসি সমাজ অহুগী মহুংদা চেল্লিবা ষ্টেজ-তিংনরবগী ফিভমদা খেন্নবশিং লৈবননি। মতাং অসিদা বুর্জুয়া কাংবুনা খল্লিবনা কেপিতেলিস্ত-শিংগা প্রোলিতরিএত কাংবুগা য়ান্নবা পুরকপা অমা নত্রগা কাওলুপ অনিমক লোৎখোকপা হায়রবা অসিনি। মতাং অসিদা লেনিন-না হায়রম্মী,—

"মার্ক্সকী থিওরী অসি কাওলুপ কাওলুপ লাপ্না তৌবনি হায়না য়ায়া তোইনা পয়ে অমত্তুং চেদত্তু ই। তশেংবদি মহু অতুবা মজেঞ্জা মাক্সিজমবু কাওলুপ নৈনবনি হায়রগা হেক লোয়শিনবা ত্তারবদি মহু বুর্জুয়াশিংগী খুদোং চানবা মাক্সিজমগী পোমৈৎপু শেমদোক শাদোক-পনি। মাক্সিষ্ট কদায়বু কৌবগে? অশেংবা মাক্সিষ্টতি কাওলুপ কাওলুপ য়ুপল তৌবা অসি য়াংদা নত্তনা, প্রোলিতরিএতশিংনা মুপ্না পানবা অমি মখোয়না য়াই। পেত্তি-বুর্জুয়া অমগা মাক্সিষ্ট অমগা খেন্নরিবা অসি মতাং অসিদনি। মাক্সিজমবু তশেংনা থংনবরা অমত্তুং য়ারবরা হায়বগী চাং য়েংনবগী পরিক্কাদি লৌমী শিন্মীশিংনা তপ্না পানবা য়ারবরা হায়বগী মতাংদনি।" ১

কম্যুনিজম করিনো?

কম্যুনিজম হায়বসি মত তিয়দবা মীওইশিংনা অয়গা অমগা মুক্ন মুক্নবা পুন্না লৈমিন্নবনু থংবৈ। ঐখোয়না কুংফিগী-য়ামি শারবদা খেতৈ মহুবি, মেঙবৎ, খোংথা-লৌবা মফিগী, তন-তৈমবদা শা-তাগী শাজং;

১ লেনিন: দি ষ্টেত এন্দ রিভোলুস্রন।

কীগনবা অমমুং থৌনা কবা ; মশাগীডা থনবা নত্রগা মশাগী ওইজবা থাদোকপা ; মতৈ-মনাওশিংগী ময়ক্তুম্ন মতম ৈ'বা থিবিক্তা থংনহুমতা লৈবা থেংনৈ। ময়ম অহুমা অপেংবা কত্রাদিক্সন হায়না থংনরিবা অসি ওপোজিত অনিগী তিন্নবা (Unity of opposites) অসিবুনি। মত তিন্নদবা কাওলুপশিং অসি অমগা অমগা মথা পোনৈ। কাওলুপ অমা মচা পোকথোক্লবগীদমক অত্তোপ্পা কাওলুপ অমা শোয়দনা লৈবা তাবনি। কেপিতেলিস্ত সমাজ অসিদা কেপিতেলিস্ত লৈগে হায়রবদি রার্কয়শিং লৈতবা য়াদে অত্তগা রার্কয়শিং লৈরবদি কোপতেলিস্ত লৈতবা য়াদে। কেপিতেলিজমদা শেজাও পাইবা কেপিতেলিস্তশিংনা রার্কয়শিং অসিবু তুহৎ নৈহংলি। তুহৎপা অসি থবক শুজরিবা মীওইশিংনা পামদে ; কাওলুপ অনি অসি মত শাথিনা থেনৈ। থেম-য়থম্ন কেপিতেলিজমগী সমাজদা মথোয় অনি অসি তোথায় তোথায়না তাহুনা লৈথদি য়াদে।

কত্রাদিক্সন অসি অহোংবা অমা পুরক্লবা শক্তি অমনি। মতৌ করম্না ওইরিবনো? কত্রাদিক্সন লৈতবা থবক থৌওং অমা মপানগী শক্তি অমমা হোংহনবা মত্রগা শেমদোকপা নত্রবদি হায়গী ক্রিতমদা হজিম্না অহুম লৈগনি। খুদম ওইনা সমাজ অমদা লৈরিবা মীওইশিং অসিনা মাগী মাগী দরকার ওইবশিং অসিবু কংহুনতা লৈরবদি হায়রিবা সমাজ অহু হোংদোকপা নাইরোই। ময়ম অহুনা সমাজদা অহোংবা অমা পুরক্কে হায়রবদি কত্রাদিক্সন লৈবা তাই।

থৌওং খুদিংমক্তা কত্রাদিক্সন লৈবা হায়বা অসি পৃথিবীগী মিয়মনি হায়বা য়াই। সমাজ অসিদা লাইরবা অমম্নুং ইনাক খুনবা অনিগী মুক্লবা ; অক্তদা তিনশিনবা অমম্নুং থাইদোকপা ; কিজিক্সক্তা পোংশিংনা চিংশিন্নবা লাপথোক্লবা অসি• চিংবা অসিনা মত্রেক পেংনা তাকই মহুদি

কন্ত্রাদিক্সন নৈবা হায়বসি সংসারগী নিয়মনি হায়বদি universality of contradiction হায়বহ্ন উৎলি।

অহুগা অকক্লবা থোওং খুদিংমক য়াম্না কুপ্না নৈমক্লরবদি মশা মশাগী তোঙান্না তাবা চাওখৎলোন অমমম লৈজে। মথক্লাই পানবা পোৎশিংগী ডাইঅলেক্তিসকা মথক্লাই পানদবা পোৎশিংগী ডাইআলেক্তিসকা মান্নদে : মশা মশাগী তোপ তোপ্পা অমমম লৈজে। মরম অহুনা সমাজ অসিদস্থ অনৌ অনৌবা তাক্কী মতুং ইন্না অনৌ অনৌবা ডাইঅলেক্তিস থোক্লকই। অকক্লবা থোওং অহুদা য়াওরিবা কন্ত্রাদিক্সন অহু থোওং অহুমক্তীদমক্তদি চাদবা য়াত্রবা কন্ত্রাদিক্সননি। মসিবু particularity of contradiction কৌই।

মীওইবা জাতি অসি মহৌশাগী শরুক অমনি। ঐথোয়না মহৌশাগী পাবৈনা হিংভি। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা মীওইবনা মহৌশাগী মুক্লরগস্থ হিংভি। প্রকৃতি অসিবু মীওইবগী অনিংবগী মথা পোলহন্নবস্থ হোৎনৈ। শন্না হায়রবদা ঐথোয়না থোওং অমবু মশক নিংথিনা থংগে হায়রবদি অমদি মহুগী মথক্তা থুহুম চনগে থন্নবদি থোওং অহুদা য়াওরিবা মুক্লবশিং অহু কুপ্না থংগদবনি। করম্বা অকক্লবা কিডম কয়ম্বা অবক্লবা মওং লৈবগে হায়বহ্ন কুপ্না নৈনবা তাবনি। মক্লভুমীদা উৎনা গাড়ী চিংগদবনি ; শগোলনা চিংবা য়াদে হায়বসি থংগদবনি।

## অরি-অনৌগী মরক্তা মুক্লবা :—

মত থেম্নবা অরি পুনশিনহুনা নৈবা হায়বসি কাওলুপ অমনা কাওলুপ অমবু নমথহুনা থম্বা নত্রগা কাওলুপ অনিমক চপ মান্নবা থাক্তা থম্বা ভন্নবা মতমহুদা ওইথোকই। লেনিন-না হায়রম্মী—মত মান্নদবা কাংবু অনি পুন্না লৈমিন্নবা অসি কিডমগী মথা পোল্লি, মতম

থরদগীনি ; মসি রেলেটিভ ( relative ) নি। কাঙলুপ অনি অদু মুক্নরকপা হায়বসিনা এবসলুটনি। কাঙলুপ অমনা কাঙলুপ অমবু নমথতুনা লৈরবসু অহোংবা অমা লাকপা হায়বসি শোয়রবানি। অনৌবা মথলগী ওইবা মত ম য়দবা কাঙলুপ অনিগী অপুনবা অমা থোক্লকনি।

মপান্থোংগী অমসুং মনুংগী ওইবা পোৎ অমগী মগুণ হোংঙকপদা চঙবা মরমশিং :—

সমাজ অসিদা পোৎ ময়াম অসি অংগা অমগা মুক্নি অমসুং অমগা অমগম্বু মথা পোন্নৈ হায়বসি মশক্তম্বু পনাখ্র। পোৎ অমগী মগুণদা অহোংবা অমা পুরক্লবা হোংনবদা পোৎ অদুগী মনুংদা য়াঙজ-রিবা মুক্নবা অদুনা মরু ওইবা মরমনি। অদুগা পোৎ অংগা পোৎ অমগা লৈনরিবা মরি অমসুং ইন্তরএক্সন অদুবুনা মপান্থোংগী অহোং-বনি। মতাং অসিদা মাও সে তুংগী "On coutradiction" হায়বা essay অদুদা ইরিবা রাইহেশিং অদু নিংশিংনিংঙাইনি।

"Contradiction within a thing is a basic cause of its development, while the relationship of a thing with other things—their interconnection and interaction—is a secondary cause . . . . External causes are the conditions of change and internal causes are the basis of change, external causes becoming operative through internal causes." [১]

ঐখোয়না খুদম ওইনা য়েংবা য়াই মতুদি য়েরুম অমা মহৌ করম্না য়েন্নাও ওল্লকপাগে ? য়েরুম অদুদা য়েনবীনা মরুম কোল্লগা মল্লগা ইলেকত্রিকী মৈশা পিরগা য়েন্নাও ওল্লকই অদুবু য়েরুম অদুদা

---

Maurice Cornforth : Dialeetical Materialism, page 91.

## ডাইঅলেক্তিকেল মেত্যিরিএলিজমগী নৈনরোল

মাওরিবা মচাকশিং অতুনা য়েন্নাও ওয়ুক্কবগী চংদবা মাত্রব পোংচং ডাক্কুনি। শু' মতুম থামবু ফনা নথা শাহনজুনা য়েন্নাও ওনহনবা কৈদৌউদেম্ব ছমলরাই। মরম অতুনা সমাজ অমবু অওনবা অমা পুরকে হায়রবদি লৈবিবা সমাজ অতুগী মচুংগী ঈথিল অতুগী মথা পোল্লি। সমাজ অমগী মগুণ হোংদোক্লকপা হায়বসি হাংগা অরিবা মগুণ অদু অনৌবা মগুণ অমদা হোংদোকপনি। কেপিতেলিস্ত সমাজদা রাকরশিংগা কেপিতেলিস্তশিংগা লান্না তৌনৈ। নোংমা অহুগা নোংমদি অহাংবা অমা লাকপা শোয়দ্রবনি। পোৎ অমগী মগুণদা হোংদোকপা অসি মচুংগী ওইবা কন্ত্রাদিক্সন অতুগী মথা পোল্লি অতুগা মপাংম্বাংগী কেক্করনা অহাংবা অতুগী চাং লেপ্পি।

মাও সে তুং-না ইরম্বা মথাগী রাহৈশিং মসি তুরবীম্না থাজুনা য়েংবা মতম ওইরে,—

"Qualitatively different contradictions can only be solved by 'qualitatively different methods, For example : Tde contradiction between the proletariat and the bourgeosie is solved by the method of socialist revolution ; the contradiction between the great masses of the people and the feudal system is solved by the method of democratic revolution ; the contradiction between the colonies and imperialism is solved by the method of national revolutionary war; the contradiction between the working class and the peasantry in socialist society is solved by the method of collectivisation and mechanisation of agriculture ; the contradiction within the communist party is solved by the me-

thod of criticism and self-criticism ; the contradiction between society and nature is solved by the method of developing productive forces." [১]

মথক্কী য়াহৈশিং অসি পাক্লরবদি তোংান তোঙানবা ফিভমগী তোঙান তোঙানবা গুণ চেনবা কন্ত্রাদিক্সনশিং অহু খংদবা য়াদে হায়বা তাকই। কন্ত্রাদিক্সন ময়াম অসি মুক্লবদগী অনৌবা অওনবশিং অসি পুরক্লিবনি।

অরোইবদা ডাইঅলেক্তিকেল মেত্ত্যিরিএলিস্তশিংনা মত পী, —পোৎ অমগী মওণ হোংলকপা হায়বসি তপ্না তপ্না নত্রগা ঈথং থংহৌদনা হোংঙকপা য়াই।

## কন্ত্রাদিক্সনগা এন্তাগোনিজমগা করি খেন্নবগে ?

মত মান্নদবা কাংবু অনি য়েৎনরকপা তারবদি কাংবু অমনা কাংবু অমবু নমথনবা হোৎনরক্কনি। নমথননবা মওং অসি তোঙান তোঙানবা মওংদা লাকপা য়াই। খুদম ওইনা কেপিতেলিস্তগী সমাজদা শিন্মীশিংনা কেপিতেলিস্ত কাঙলুপ অসি নম্ফ্রদা নমথবা অমা চংঙি। অহুগা সোসিএলিজমদগী কম্যুনিজমদা ওহ্নোকপদা ফোস´ চংদে. খেমহুনা নত্রগা থন্ন মৈনহুনা নত্রগা য়ানবা অমা পুরক্তনা নত্রগা ক্রিতিসিজম অমসুং সেল্ফ-ক্রিতিসিজমগী মতেংনা ওহ্নোকপা য়াই। মহৌশানা, সমাজগী মুক্লবশিং অসি শেনমিৎকী ইস্তয়েস্ততা মত খেন্নবা নৈরবদি অমগা অমগা য়েংথিনবগী ফিরেপ লোই। মহুগী ওন্ন-তৈনবদা, শেনমিৎকী ইস্তয়েস্ততা থৎনবা য়াওত্রবদি য়েংথিনবা নৈতে। লেনিননা কন্ত্রাদিক্সনগা এন্তাগোনিজমগা করি খেন্নবগে হায়রগী মতাংদা অসুম্না ইরম্মী,—

[১] Mao-Tse-tung : loc, cit.

## ডাইঅলেক্তিকেল মেত্তিরিএলিজমগী নৈনরোল

"Antagonism and contradiction are utterly different. Under socialism antagonism disappears, but contradiction remains." [১]

মস্ত ভিন্নদবা অনিনা স্রগল স্তোনবা হায়বসি সংসারগী নিয়মনি। মুক্রবা লৈরবদি থংনরকপস্মু শোয়ত্রবনি। অত্তুম্নদি ওইরগা মুক্রবা অসিদা য়েংথিনবগী ফিরেপ্য লৌবস্মু য়াই নত্রগা লৌদবস্মু য়াই। মাও সে তুংগী য়াঙাং অসি অমুক নিংশিংবা য়াই,—

"Antagonism is only one form of struggle within a contradiction but not its universal form." [২]

সোসিএলিজমগী মথাদা য়েংথিনবা ( antagonism ) দি মাংথি অত্তুগা মুক্রবা ( contradiction ) দি লৈহৌই। কাঙলুপ অনি অত্তুগী ইন্তরেস্ত অত্তু মান্নত্রবদি য়েংথিনবগী মরোল চোংলকই; মাগী মাগী ইন্তরেস্ত অত্তু ওম্ননবা হেংনরকপদা য়েংথিনরকই। অত্তুবু কাঙলুপশিং অত্তুগী অপুনবা ইন্তরেস্ততা মান্নরবদি পস্তুংকম অত্তু য়োননবা হোংনরকপদা লম্বী থয় থৈদোক-থৈজিন তৌরকপা অসিমা কস্ত্রাদিক্সন ওইনা লৈহৌগনি।

চাওথং-থোঙথাংগী কাঙথোং মাংলোমদা চংলি হায়বসি করম্না লেপকনি ?

ঐখোয়না হজিন হজিন্না থেংনত্রে মত্তুদি মুক্রবা ময়ামগী কননা চাওথংপা হায়বসি খোক্লকই। এঙ্গেলসনা মতাং অসিদা পিন্নি,—

---

১ Lenin : Critical Notes on Bukharins "Economics of the Transition Period."

২ Mao-Tse-Tung : loc. cit.

## ডাইঅলেক্টিকেল মেট্তিরিএলিজমগী নৈমরোল

"In spite of all seeming accidents and all temporary retrogression, a progressive development asserts itself in the end." [১]

চাওথংলকপা হায়বা অসি করিনো? থুদম ওইনা উন মতুম অমা শাহল্লগা মনিল ওল্লি; মনিল অদু ঈংথহল্লগা উন অমুক ওল্লকই। অম্মা হোংলক্লিবা মওংশিং অসি হায়বদি উনদগী উন অমুক ওনবা হায়বসি মশাগী মাইকৈ লেপ্পা ওমজদবা লম্বীদা চৎপগুম্বনি। অদুগা চা লোল্লবগীদমক্তা ঈশিং অদু শোইহনবা তারবদি মশাগী অকক্লবা মাইকৈ নৈজবা খোঙচৎনি। অকক্লবা খোঙচৎ নৈতবা থুংহোং অসিবু চাওথংপা হায়না কৌবা য়াদে।

অদুবু সমাজদদি প্রিমিত্তিভ কম্যুনিজমদগী মীনাই লোইবা চৈত হায়বদি মীনাই লোইবশিংনা মীনাইশিংবু নমথবগী মওং; মীনাই লোইবা চৈটতগী লোয়াম চাবা ( feudalism ) চৈটতা ওন্থোরকপ; ফিউদেলিজমদগী কেপিতেলিজমদা ওন্থোরকপা; কেপিতেলিজমদগী কম্যুনিজমদা ওন্থোরকপা অসি মাগী মাগী অকক্লবা মাইওন নৈবা লম্বীদা চৎলি। হায়রিবা থুদম অসি চাওথংপগী কাঙখোং অসি মাঙলোমদা চেল্লি হায়না লৌগনি।

ঐখোয়না থংত্তি,—করিগুম্বা পোৎ অমবু মপানগী শক্তি শিজিন্নহুনা লেঙহনবা তারবদি, মদু মাইকৈ নৈতবা অহোংবনি। থুদম ওইনা হল্লাগাড়ী অসি মাইকৈ কয়ামুক্তা খোবা য়াই। অদুগা মন্থংগী ওইবা মরম্মা ( internal cause না ) লেংহনবা ওইরবদি মপানগী ফেক্তরনা থয়মথৈ হোংদোক হোংজিন তৌরবন্থ অরেপ্পা মাইকৈ অমদা চৎলি।

মরম অদুনা সমাজগী চাওথৎ-খোঙথাং অসি অরেপ্পা মাইকৈ অমদা চৎপা তারবদি সমাজ অদুদা চেল্লিবা মতম চুপ্পদা নৈরবা

[১] Engels: Ludwig Feuerbach, Chapter-4.

## ডাইঅলেক্টিকেল মেটিরিএলিজমগী নৈনরোল্

মহৌশাগী ওইবা মুক্কবা অমা লৈবননি। মুক্কবা অসিনা মরম ওইরছুনা পোথোক পুথোক্কবগী শক্তিশিং অসি মতম চুপ্পদা ফগৎনবা হোৎনৈ। মীয়ামগী পোথোক পীবা শক্তিশিংগা অমসুং পোথোক মরীশিং অসিগী মরক্তা মুক্কবা অমা ময়েক শেংনা উৎলকই।

ঐখোয়না চাওখৎ-খোংথাংগী কাঙলোনশিং অহু থঙবা তারবদি মুক্কবশিং অহু থঙবা তাবনি। থৌওং অমা লৈবা তারবদি মুক্কবগী কিশিত্তনা থম্লি। মরম অহুনা থৌওং অহুগী য়াম্না মরু ওইবা মুক্কবগী কিশি অহু থঙবা তাবনি মরমদি হায়রিবা কিশি অহু মারকৈ লেপ্পা ঙম্বা মুক্কবগী কিশিনি।

### মরু ওইবা কন্ত্রাদিক্সন অসি করিনো?

মথক্তগী পমগ্রে,— থৌওং অমগী মরু ওইবা কন্ত্রাদিক্সন অসি মীয়ামগী পোথোক পীবা শক্তিশিংগা অমসুং পোথোক মরিশিং অসিগী মরক্তা লৈনরিবা মুক্কবা অসিনি। কেপিতেলিস্ত সমাজদা পোথোক্কা মীয়ামগী ওইনা পুথোকপা অহুগা পোথোক অহু মী খুজোক থয়না পাইশিনখিবা অসি মরু ওইবা মুক্কবনি। মরু ওইবা মুক্কবা অসিগী মতেংনা কেপিতেলিজমদগী সোসিএলিজমদা মাইওম লেপ্পকই হায়বদি মীয়ামগী পোথোক অহু মীয়ামগী ওইহনবা হায়বা অঙ্ক অমা মশানা লাকপা তাবনি।

থৌওং অমদা মরু ওইবা কন্ত্রাদিক্সন লৈবনা মরম ওইরহুনা অতোপ অতোপ্পা মুক্কবগী অপিকপা অচৌবা কিশি কয়ামুক থোক্লকই। খুদম ওইনা কেপিতেলিস্ত সমাজদা শেঙাও পায়বা কাংলুপকা রার্কয়-শিংগী মরক্তা লৈবা মরু ওইবা মুক্কবা অসিগী মথক্তা অতৈ অতোপ্পা কন্ত্রাদিক্সন থরম্ব লৈ। সহরগী পেত্তি-বুর্জ্জুরাগা লৌউবগা মুক্কবা;

### ডাইঅলেক্তিকেল মেত্রিয়রিএলিজমগী নৈনরোল

জমীন্দারশিংগী মরক্তা লৈরিবা মুরুবশিং; শেপ্পাও পাইবশিংগী মরক্তা মুরুবশিং অসিনি। মুরুবশিং অসিগী মরক্তা মরু ওইবা মুরুরিবা অমু মতম চুপ্পদা থিগদবনি।

মাও সে তুংনু মরু ওইবা কন্ত্রাদিক্সন থিবা মীওই অমনি। মরু ওইবা কন্ত্রাদিক্সন থিবা হায়বসি অমুক্তদা লোইবা নত্তে। মরমদি কিতম কিতমগী মতুং ইন্না মরু ওইবা কন্ত্রাদিক্সনশিং অসি থেন্নৈ। মরু ওইবা কন্ত্রাদিক্সন অমু ফাবা ওয়বদি প্রোব্লেম অমু ইরাই লাইনা ফল পুথোকপা ঙম্মী।

## (৯)

## "হেন্না ৱাংবা য়ুম্ফম অমদা হল্লিনবা"

## ( Negation of negation )

বুর্জুয়া-থিওরীতিসিয়ানশিংগী মত-নি,—সমাজ অমা চাওখৎলকপা হায়বসি সংসারগী নিয়মনি। হান্নগী অরিবা কিতম অমুদগী তপ্পা তপ্পা কগৎনবা চাওখৎনবা হোৎনগদবনি। মসিগী ওয়-তৈনবদা ডাইঅলেক্তিকসনা হায়রিবনা অনৌবনা অরিববু মহুৎ শিন্দোক্নবা হোৎনগদবনি হায়না মত পী। Old must be negated. মহুৎ শিন্দোকপা অসি কীরোইদবনি। মসি চাওখৎপগী কিভম্নি হায়বসি খংগদবনি। মহুৎ শিন্দোকপা হায়বসি অহানবা নেগেশন্নি। ডাইঅলেক্তিকসতা নেগেশন হায়বসি ইচম চম্বা 'no' হায়বসি নত্তে। অরিবা চৎনরোল অমুগী মথুংদা য়াওরিবা এদভান্স ( advance ) ওইবা শরুক অমুবুদি মুথৎতে। থুদম ওইনা ঈরুজথোক্লগা চল্লম চন্না

## ডাইলেক্তিকেল মেত্তিরিএলিজমগী নৈনরোল

থিনজিল্লগা চাক চাবা হায়বা চৎনবী অসিগী মতুংদা ঈরুজখোকপা হায়বসি য়াম্না ফবা থবক্নি। মরম অদুনা চন্দন-থিনবা তোকখোক্লগা ঈরুজবগী মওং অসি অনৌবা থাক্তা পুথৎলকপা য়াই। চন্দন থিনবগী থবক লোথোকপা হায়বসি অহানবা নেগেশন্নি।

নেগেশন ওফ নেগেশন ( Negation of negation )

অসিবু লীবরেলগী য়াথল চেনবা ফাংবুনা হায়,—নেগেশন অদুবু অমুক নেগেশন তৌথোক্লবদি হান্নগী ফিভমদা অমুক হল্লিল্লি। খুদম ওইনা ঘড়ী অমা ঐঙোন্দগী হুরানথ্রবা মতুংদা ঐনা অমুক হুরাম্লবদি ঘড়ী অদু ঐগী থুংত্তা অমুক লাকই। "Not not A equals A" হায়বসি মখোয়না খল্লিবা য়াথল্লোম্নি। মরম অদুনা হান্নগী ফিভমদা অমুক হল্লিনবা হায়বসি মহৈ চারোইদবা থবক্নি।

মসিগী ওন্ন-তৈনবদা ফংশংনা চাওখৎলকপা হায়বসি করিনো? প্রিমিতিভ কম্যুনিজমদগী মীনাই লোইবা ষ্টেতকী থাক্তা লৈবা ; মীনাই লোইবা ষ্টেতদগী ফিউদেলিজমগী থাক্তা লাকই। অসিগী মতুংদা কেপিতেলিজমদা হোংলকই। মতৌ অসুম্না অরিবা তাঙ্কক অমবু অনৌবা থাক্তা পুথৎলকই। মসি মহানবা নেগেশন্নি। কেপিতেলিজমদগী কম্যুনিজমদা হোংলকই। মতাং অসিদা কনাগুম্বনা হংবা য়াই,— কম্যুনিজমগা হান্নগী প্রিমিতিভ কম্যুনিজমগা করি খেন্নরিবগে? প্রিমিতিভ কম্যুনিজমদসু কাঙলুপ লৈতে অদুগা কম্যুনিজমদসু কাঙ-লুপ লাইতে। অদুবু খেন্নবা অমদি মরেক শেংনা লৈ। প্রিমিতিভ কম্যুনিজমদা প্রোথোক পুথোক্নবা শক্তিশিং অসি অমুকী মতিক চাওখৎতে। অদুগা সোসিএলিজমদদি পোথোক পুথোক্নবা শক্তিশিং অসি য়াম্না চাওখৎলি। হান্নগী ফিভমদা হনজিনবদি নত্তে। প্রিমিতিভ

কম্যুনিজমগী কাঙলুপ নৈতবা সমাজ অমু কাঙলুপ নাইবা সমাজনা মহুৎ শিল্লকপা খুদম ওইনা মীনাই লোইবা থৈট অমসুং ফিউদেলিজমচিংবা সমাজদা হোংদোকপা অসিবুনা অহানবা নেগেশন্নি। কাংলুপ ( class ) নংঙবা সমাজ অসিবু রার্করশিংনা এক্সপ্রোইতেশন থিংননবা হোৎনরকনি অমুগা কাঙলুপ অমুক মাংঙকনি। শিম্মী কাঙলুপ ওইনা নৈরম্নীবা অমু কাঙলুপ নাইদবা সমাজ অমদা অমুক হোংঙকপা অসিনা অনিশুবা নেগেশন্নি। মসিবু নেগেশন ওফ নেগেশন হায়বদি হেন্না রাংবা যুক্ষম অমদা অমুক হজিনবা কৌই।

মরম অমুনা মাইবশিংনা লমলোং মরি কাংবদা মস্ত শোনবগী মহুৎতা হেগেলগী মস্তসি ভস্তুনা শোনবা ডাই,—The higher end of development is reached through "Suffering the patience and the labour of the negative." [১]

ঐখোয়না ইতিহাস অসি য়েংবা মতমদা ঐখোয়না খংবা ঙম্মী মতুদি "negation of negation" গী মতেংনা প্রিমিতিভ কম্যুনিজমদগী কম্যুনিজমদা লাকই।

Marx pointed out that the pre-capitalist individual private property founded on the labours of the proprietor is negated—destroyed—by capitalist private property. For capitalist private property arises only on the ruin and expropriation of the pre-capitalist individual producers. The individual producer used to own his instruments of production and his product—both were taken away from by the capitalists. But when capitalist private property is itself negated— when "the

১ Hegel : Phenomenology of mind, Preface.

expropriators are expropriated"—then the individual property of the producers is restored once more, but in a new form, on a higher level. [১]

The producer, as a participant in socialised production, then enjoys, as his individual property, a share of the social product—"according to his labour," in the first stage of communist society, and according to his needs in the fully developed communist society.

মেগেশন ওক মেগেশনগী মতাংদা এঙ্গেলসনা মথাগী থুদম অমি পী,—ঐখোয়না পাম্বী অমা থাবা মতমদা য়াম্না ভোয়না থেংনৈ মচুদি পাম্বী মরুদগী থরা হেম্না কবা মরুশিং পাম্নবদি মরু অচু অকম্লবা কিতমদা হল্লগা পাম্বী ওইনা হৌহনবা ভাই। মরু অচু পাম্বী ওইনা মাংহনখিবা অমি অহানবা নেগেশন্নি। পাম্বী অচু হান্নমচিংবা হাপ্পুনা নিংথিজনা য়োকথংলক্লগা অকবা মরুশিং অচু লোক্লবা মতুংদা পাম্বী অচু শিথখি। মসিনা অনিশুবা নেগেশন্নি। হান্নগী মরুদগী থন্না হেম্না ফগৎপা মরুদা অমুক হল্লিনবনি।

---

২ Maurice Cornforth : Dialectical Materialism, page 107.

ডাইঅলেক্তিকেল মেতিরিএলিজমগী নৈনয়োল্

## (১০)

## ক্রিতিসিজম অমসুং শেল্ফ-ক্রিতিসিজম
## ( Criticism and self-criticism )

সোসিএলিজমগী সমাজদা চাওখৎপা অমা পুরকপা অসি কন্ত্রাদিক্সন চংডি, অদুগী অনৌ শিন্নবা চংডি। চাওখৎনবা হোৎনবদা কাংবু অমগা কাংবু অমগা খৎনা-চৈনবা, ঈমু নাইমু তানবগী থৌঙ অসি মী অমনা মী অমবু নৈহৎ-তুহৎপগী তাঙ্কক অদু লৈত্রবা মতমদা মাংখি। মতাং অসিদদি কম্যুনিস্ত সমাজদা ক্রিতিসিজম অমসুং শেল্ফ-ক্রিতিসিজমগী থুৎলাইগী মতেংনা চাওখৎ খোংথাং অসি থুমাং চাওশিলহল্লি।

ঐখোয়না পোৎথোক পুথোক্লবগী শক্তিশিং অসি য়াম্না কুপ্না থুমাইগী চাওখৎ-খোঙথাংগী মাইকৈদা শিজিন্নবা হৈরবদি, মীওইবশিংনা প্রকৃতিবু মোংমা নোংমগী হেন্না হেন্না থুহ্ম চনশিল্লকপা ঙমগনি। মতুগী ফলনা মীওইবনা খরা হেন্না ফগৎপা অহোংবা পূন্সি লেনবা ঙমগনি। থুদম ওইনা মীওইবনা লেবর থরদমক চাদিং তৌরগা চাকহোং ডাহোংবা পুরকপা ঙমগনি। থুঙ্গংগা সহরগা খেন্নবা মাংখিগনি। মেন্যুয়েল লেবরগা ইন্তেলেকচুয়েল লেবরগা খোইনা খেন্নবা লৈরক্লোই।

কনাগুম্বা খরগী ৱাহংনি। পৃথিবী পুম্বদা কাঙলুপ নাইবা সমাজ অসি মমি কাওবা তাদবমখৈ মুথৎশ্রবদি কয়া থোক্কদগে? মসিগী পাউথুমদি ষ্টেটগী ওর্গেনাইজেসন অসি মাংশ্রগনি। গোভরন্মেণ্টকী পার্টিশিং অসিসু মাংশ্রগনি।

ষ্টেলিনগী মত তা জাতিগী সংস্কৃতি অমসুং জাতিগী লোল অসি খম খেংনা চাওখৎলবা মতুংদা পৃথিবীগী ওইবা মীওইবগী সংস্কৃতি অমসুং পৃথিবীগী অপুনবা লোল লাকনি।

ডাইঅলেক্তিকেল মেত্তিরিএলিজমগী নৈনরোল:

When "Socialism has become part and parcel of the life of the peoples, and when practice has convinced the nations of the superiority of a common language over national languages, then national differences and languages will begin to die away and make room for world language, common to all nations." ১

## ক্রিএতিভ মার্ক্সিজম (Creative Marxism) হায়বসি করিনো ?

মথক্তা নৈনরিবা ময়াম অসিদগী ঐখোয়না থংবা ঙম্রে মতুদি ডাইঅলেক্তিকেলগী থৌওং অসি সমাজগী চৎনরিনা থৌওং ময়াম অসিবু মথৌ করম্না নৈনগদগে হায়বা লম্বী তাকপা ঙমবা অমম্বদা ঙানবা থাওমৈগুম্বনি। ডাইঅলেক্তিসনা ইতিহাস অমসুং প্রকৃতিগী থোংচৎপু মেত্তিরিএলিস্তগী মীংয়েংনা করম্না য়েংগদগে হায়বা উৎলি। মতুদা নত্তনা সংসারগী পোৎশিং অসি হোংহনবদা মতেং পী। মীজ্ঞান্না মথং মথং চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না ডাইঅলেক্তিকেল সাইন্স অসিসু মথং মথং চাওখৎলকই অমসুং হোংলকই। অরোইবদা মার্ক্সিজম অসি য়াম্না চাওখৎলক্লিবা প্রোগ্রেসিভ সাইন্স মথল অমনি।

"There is dogmatic Marxism and creative Marxism, I stand by the latter," said Stalin.

ক্রিএতিভ মার্ক্সিজম অসি করিনো ? সমাজ অতুগী লৈরিবা ফিভম অহুবু চাওখৎনবগীদমক্তা লম্বী উৎলিবা সিস্তেম অহুবুনি। ফিভম্না হোংঙকপগী মতুং ইন্না মার্ক্সিজমগী পোৎসিং অসিসু হোংবা

---

১ Stalin : The future of nations and of national languages.

ঙ'গদবনি। ক্রিএতিভ মাক্সিজমদি অকাউবা মী খরগী "Quotations and maxims" দা য়ুম্ফম ওইদে। প্রাক্তিকেল ইক্সপিরিএন্স ( Practical experience ) দা য়ুম্ফম ওই। খোঙথাং খুদিংমক হকখেংননা চাং য়েংঙি। হৌখিবা অরানবদগী পাড়া তমহৌবা অমসুং মীশিংদা মতৌ করম্বা অকবা অনৌবা পুক্নি শেমগৎশাগৎকদগে হ'য়না উৎলিবা অদু ক্রিএতিভ মাক্সিজমনি।

## ক্রিএতিভ মাক্সিজমগা রিভিজনিজমগা করি খেন্নবগে ?

মতাং অসিদা মীয়ম্না মুন্না খ'গদবদি মখোয় অনি অসি অমনা কাকনি অদুগা অমন' শাইরোংনি। মরমদি রিভিজনিজমদা থাজবা কাংবুনা হায়রকনি মদুদি মাক্সিজম অসি দোগমা ( dogma ) ওইরোইদবনি। মখোয়না হায়রকনি মদুদি মাক্সিজম অসি দোগমানা পীক খল্লি। অদুবু য়াম্না নোক্নি লিবদি মাক্সিজমগী দোগমাগী মমী'দা বুর্জুরা-থিওরীগী দোগমাদা তোংশিল্লি। মরম অদুনা রিভিজনিজমনা মাক্সিজমগী গাড়ো অসি মনিং হলহল্লি।

ক্রিতিসিজম অমসুং সেল্ফ-ক্রিতিসিজম অসি নৈবাক অমগী চাওখৎপদা মতেং য়াম্না পী। হ'য়রিবা অসি ম'ক্সিষ্ট ডাইঅলেক্তিসকী থস্মোয়গী খ'ম্ম'ঙনি। শম্না হায়রবদা মক্সিষ্ট-ডাইঅলেক্তিকসগী হারমোনিয়মদা ইভং তত্তুনা ঙ'লিবা স্বর,—মতম নৈবা থিবিক্স থিওরীগা থবক্না পুন্না চৎকদবনি (Unity of theory and practice)। থিওরীনা থবকী তু দ' লেপ্পদি য়াদে। থিওরীনা লমজীং মৈয়া ওইরগা থবক্না থুৎশম্বনা চৎকদবনি। থিওরীগী মঙাল য়াওজবদি থবক অদু মমীৎ তাঙবা মীনা লমজিংবগুম অমম্বদা মাগনি; মমীৎ থুমজিল্লবা তুপা অমনা সেন্দ্রাং কানবা হোৎনবগুম খোক্নি। মরম অদুনা

থবক অত্তু লাম্না লমজিদনবা থিওরী অহু অশেংবা অচুম্বা থিওরী ওইগদৌবনি।

থিওরীগা থবক্কা পুম্না চংমিন্নবা তাম্নবদি মথাগী নিয়মশিং অসি ইনবা তাই। অহান্নদা, ঐখোয়না মতম চুপ্পদা মীৎ-না শিংনা লৈগদবনি ; অনিশুবদা ঐখোয়না অশোয়বশিংবু ক্রিত্তিসাইজ তৌনবা কি- শেমত্তনা তয়ারীদা লৈগদবনি। অহুমশুবদা ঐখোয়না রাথলশিং অমম্তং থবকশিং অসি থক-খা নৈনয়বা মতুংদা মত্নদগী পাড়া তমগ-গদবনি। মরিশুবদা তরানবা কয়া পুখোক্ত্না অরিবা চন্নদবা কাঙ-লোন কয়া লংখোকপা তমগদবনি মহুগা অনৌবা কান্নবা মচং লৌথৎপা তমগদবনি। মরিশুবা থবক অমা তৌবদা লানবা হায়বসি শোয়ত্র-বনি। অয়ানবা অত্তু মতম চানা খংবা তাই ; মতম চানা চুমখোকপা তই।

"The struggle between the old and the new, between the dying and the nascent—such is the foundation of development. By failing openly and honestly, to point to bring to light, the defects and mistakes in our work, we close our-road to progress. But we want to go forward. And precisely because we want to go forward we must make honest and revolutionary self criticism of our most important tasks. Without this there is no progress. Without this there is no development." ১

হৌজিক্কী সমাজদা থুম্নাইগী রাথল, থুম্নাইগী পুকচেল চেম্নবা শেম শাবা মতম ওইরবনি। মরমদি কেপিতেলিস্ত সমাজদা অনৌ

১ Stalin : Report to Fifteenth Congress of C.P.S.U. (B).

## ডাইঅলেক্তিকেল মেত্যিরিএলিজমগী নৈনরোল

অনৌবা পোথোক পুথোক্লবা শক্তিশিং অসি লৈরিবা সমাজ অতুগী মুন্না চাওখৎনবা হোৎনবগী মহুৎতা মী থুজোক থরগী শেম্পোংশীদমক শিজিন্নে। কেপিতেলিজমদা হঞ্জিন হঞ্জিন্না ইকোনোমিক ক্রাইসিস লোকহল্লি, লাইরবা মশিং য়ামথৎলকই, থবক ফংদবা মশিং হেক্সৎলকই অতুপা মান্না লোন্না লানগীদমক শেম শাক্লকই অমসুং লান তৌবা পাম্মী। মরাম অসিনু থিংগে হায়রবদি সোসিএলিস্তকী ৱাথল্লোন অসি মান্না থুনা পুরক্কবা য়াদবনি।

——————

# কেপিটেলিজম অমসুং সোসিএলিজম

## (১)

## কেপিতেলিজম করিনো?

ইতিহাসকী মতুং ইন্না কেপিটেল হায়বসি পৈশা ওইনা হৌই। খুদম ওইনা শেন্দোই চাওনা চাওনা চানবা শেল্লেপ নত্রগা লল্লো ম-বগীদমক লল্লোনাংশল চংই। মসিগী মতাংদা মথাগী ফোর্মুলা অসি থম্নবা তাবনি।

M—C—M ( moı.ey—commodity—money ); পৈশা —পোৎ—পৈশা :

এখায়গী থুত্তা পৈশা থরা পায়রবদি, পৈশা অদুনা পোৎ লেপশিনবা য়াই। পোৎ অদু য়োল্হোক্লগা পৈশা অমুক ওল্হোকপা য়াই। পৌওং অসিবু পোৎ য়োৎবগীদমক্তা লৈবা কৌই। পোৎ য়োল্হোক্লগা কংলক্লিবা পৈশা অদু কেপিটেল ওল্হোকই।

M—C—M ফোর্মুলাগী অহানবা তাঙ্ককতা M—C ( পৈশা —পোৎ ) হায়বাদ শেল থরনা লল্লোনপোৎ থরা লৈশিল্লি। মরম অদুনা পৈশাদগী পোৎতা ওল্হোকখিবনি। অনিশুবা তাঙ্ককতা C—M ( পোৎ পৈশা ) নি। হায়বদি লল্লোনপোৎ অদু য়োল্হোকপগা শেল অদুনা থুংতা পাইশিল্লি। খুদম ওইনা লুপা অমনা চেং মন অমবু লুপা ১00 দ লৈরুরগা লুপা ১২0 দা অমুক য়োল্হোকপা হল্লবদি লুপা ১00 অসি লুপা ১২0 গা শিন্নরে হায়বদা করিসু লাক্লে।

M—C—M ফোর্মুলাগী মতুং ইন্না শেলনা হৌরগা শেলদা লোইশিল্লি। লুপা অমনা লুপা ১00 পিবা পোৎ অমবু লুপা ১২0 দা য়োল্হোক্লবদি মথাগী ফোর্মুলা অসিদা পানশিনবা য়াই।

## কেপিতেলিজম অমসুং সোসিএলিজম

M—C—M' (M=money; C=commodity; M'=M+△M) M—না হায়রা পুথোকখিবা লল্লোনশেলনি ! △M—না অহেনবা ভেল্যু কৌই।

খুদম ওইনা মথক্তা পনখ্রে লুপা ১০০ পিবা পোৎ অমবু লুপা ১২০ দা য়োল্হোকপা মতমদা হায়রা পুথোকখিবা লল্লোমশেল লুপা ১০০ অহুমু লেংদনা লৈরে অহুগী মথক্তা লুপা ২০ অমমু হেন্নংলকলে। হেন্নংলক্লিবা লুপা ২০ অসিবু সরপ্লস—ভেল্যু কৌই। চৎলিবা মওং অসিবু কেপিতেলিজমগী মওংদা চথবা হায়না খংনৈ।

শেল্লাও পাইবা কাংবু অসি কেপিতেলিস্ত ওইরকই। মহাক্কী ফুরিংখাওদগী পৈশা পুথোরক্লগা মশাগী ফুরিংখাওদা অমুক চংখি। শেম্দোং হায়বা অসি মহাক্কা মতম লৈবা খিবিক্কা পুজা ভোই অহুগা কংমবসু হোংনৈ, পৈশা বু ভমথৈ লৈতনা পাম্বা অসি অরিবপা মী অমসুং কেপিতেলিস্তশিংগী ঈদা চেল্লি। অহু ওইরদি অরিকপা মীগা কেপিতেলিস্তকা করি খেন্নবগে? কেপিতেলিস্ততি পেঙ চোরদনা, জ্ঞান তানা লিকপা মীনি। অহুগা অরিকপা মীদি মথা চোইরবা কেপিতেলিস্তনি।

ইচম চম্না কেপিতেল হায়রগা খঙনরিবা অসি সেল্লাওবুনি। অহানবদা লল্লোন-ইভিক্কী কেপিতেল হায়না খংনরিবা অসি খরা হেম্না তাংখৎনা য়োম্ননবা পৈশা পুথেক্লগা লল্লোনপ্যোৎ লেপশিনবা অহুবুনি। অনঙিবদা ইন্দসত্রিএল কেপিতেল অসিসু লল্লোনশেলদগী হোৎমি। পৈশা অহু লল্লোনপোৎতা ওন্থোকখিবনি। পোৎশিং অহু য়োল্লগা পৈশা হেম্না শাগৎপনি। অহুমগুবদা, শেম্দোই চাওনা চাওনা চাবা মীওই য়াম্না লৈ। শেম্দোই চাননবা শেল্লেপ হায়রা পুথোকপা ভাই। শেল্লেপ অসি কেপিতেল মথল অমনি। শেম্দোই চাবগী খরক্তি মরক্কী

লল্লোনপোং য়াওদনা পৈশাদগী থরা হেনবা পৈশাদা ওন্থোকখিবনি। থুদম ওইনা লুপা 100 শানদোকপগা চাম্দা 10 শেন্দোক্ত লোয়রবদি বা অমদা লুপা 110 দা চাওখোক্লকই। অসিগুম্বা মীওই কয়া মণিপুরদসু য়াম্না লৈ, থুদম ওইনা য়াইস্কুলগী মাস্তর কে শেঙাওসা, থুরাইগী চীংলেম্বী দেবী, উরিপোকী শকতেনবা মীচৈ। সেফুশিংগী য়াবরগী সাইলোকপুম্ব ঐথোয়না মিংশিংবা য়াই।

## (২)

## ভেল্যু ( Value )

লল্লোনপোং হায়বসি করিনো? অহানবদা, লল্লোনপোং হায়বসি মীওইবগী অপাম্বা অমা থুংহল্লিবা পোৎ অমনি। অনিশুবদা, মসি অতোপ্পা পোৎ অমগা ওন্থোক্লবা য়াবা ( Exchange য়াবা ) পোৎ অমনি। পোৎ অমগী কামবা শিজিন্নরকম লৈবা মরম্না, পোৎ অমগী কামবা ভেল্যু ওইরল্লি। কামবা-ভেল্যু লৈবা পোৎ খুদিংমক্না অমগা অমগা ওন্থোক্লবা য়াবা মরম্না, য়াম্না খেন্নবা চাংদম্নবা য়াদবা পোৎ কাওবা অমুনা ভেল্যুদা মায়হল্লি। হায়রিবা মখল মথেলগী পোৎশিং অসিদা মান্ননা ইয়াও য়াওরিবা অসি করিনো? ইমান মান্ননা য়াওরিবা অসি অতৈ করিসু নৎতে পোৎশিং অদু শাবদা চংলিবা লেবর অদুমনি।

মুবগী পাঙ্গল ( labour power ) অসি করম্না লৈবগে অমসুং য়োলবগে?

থুদম ওইনা, মণিপুরদা য়াম্না কে-মোবী মোমহা অমনা বাজারদা ইঞ্জিনিয়ার-কী লৈবা চৎপগুম শেঙাও পাইবা লুপা অমনা কৈথেলদগী অথম্নবা পোৎ লৈবদোনা লেবর-পাৱর অসি লৈবা ভাই। পৈশা

পাইবা মুপা অমনা মরল-মথুং অমত্তা লৈজত্রবা খুৎশু-নত্তুনা হিংজবা মী খবা লৈবা তাই। মরমসি মীৎয়েংদা লৈশ পাইবা মুপা অমনা লৈশা পাইদবা মুপা অমবু খবক শুহল্লগা খুৎশুদল পীবা ওইনা ইচম চম্না উই। মসি মাম্না ইচম চবা খবক্তি নত্তে। ঐখোয়না খঙগদবা অমনা মুবগী পাঙ্গল অসি মতম খরগী ওইনা য়োন্থোকপা য়াই মতুংগা পুম্নাংচুম্নগী ওইনা য়োন্থোকখিবসু য়াই। কেপেটেলিষ্টনা লেবর পাৱার লৈবা কায়বসি নত্রবদি মশাগী মপাঙ্গল য়োন্থোকপা মাগী হিংনবা পাউ অটৈ লৈত্রবা মী খরা কেপেটেলদ, হাহনা লৈবা তথনি। হায়রিবা মার্কেটশিংনা পোৎ চৈ শগনি। মশানা শাজরিবা পোৎ অদু মশানা কেপেটেলদা য়োনবা ঙম্বগী শক্তি লৈজদে। মরমদি মশাগী পোথোক পুথোক্নবা খুৎশু-খুৎলাই লৈজদে, পোৎশিং অদু শাননবা অহংবা পোৎচাকশিং ( raw-materials ) লৈজদে। খুদম ওইনা খোঙউপ বুট শাবা মুপা অমনা বুট অমা শাবা মতমদা শঙউন চংঙি। অদুগা অমরোমদা বুট শারিবা মুপা অদুগী হিংননবা উপায়সু দরকার লৈ। মাগী চেনাংমগী চারা চাদবা য়াদে, ফীসু শেৎতবা য়াদে।

ঐখোয়না হৌজিক্তি খংলে,—লেবর পাৱার অসি বাজারদা য়োনবা পেকো চল মাগে। মরম অদুনা মসিগীসু মমল লৈ। অদু ওইরবদি খুৎশুদল অসি করম্না লেপ্লগে? লেবর পাৱর অসি মী অদুগী পাঙ্গলগী মখা পোজি। লেবরর অদুগী হিংননবগীদমক্তা তঙাই ফদনা চংবা পোৎ খরা লৈ। হায়রিবা তঙাইফদনা চঙশিবা পোৎশিং অদু তনবদা চংশিবা মতম অদুনা খুৎশুমল লেপ্পী। ( The value of labour power is the value of the means of subsistence necessary for the maintenance of the labourer. [১] )

---

১ **Karl Marx: Capital. Vol. I. Page 107.**

## কেপিতেলিজম অমস্থুং সোসিএলিজম

লেবর-পারার হায়বসি থবক শুবনি। মরম অদুনা থবক শুবা মতমদা থবক শুরিবা মী অদু কোক ( brain ), মশল ( muscle ) অমস্থুং শিংলিনচিংবা হকচাং কায়াংশিংগী অকক্নবা এনর্জি থরা চাদিং তৌথি। চাদিং তৌথিবা এনর্জি অদু হন্জিনবা তাবনি। অসি থবক শুরিবা মুপা অমনা হয়েংস্থু শুবা তারবদি মহাক্কী মশা অমস্থুং মপাঙ্গল অদু হান্নগী কিতমদা হন্জিনবা তাবনি। মহাক অদু নারবদি নত্রগা মপাঙ্গল শোক্ষরবদি থবক শুবা ঙমদে হায়বসি ইথং থংনরবা ঙাক্তুনি। থবক শুবা ঙমবা মঙোন্দা হিংনবা মচাক থরদি পীগদবনি। মাগী চিঞাক, লৈনবা য়ুম অমস্থুং শেংনবা ফী অসি লম অদুগী চংনবী হরা-মুংশিং অদুগী মথা পোন্নি। অদুগীস্থু মথক্তা থবক শুরিবা মী অদুগী দরকার লৈবা পোংশিং অসি হিংস্তোরিকেল দিভেলপমেন্তকী মথা পোন্নি। অসিগীস্থু মথক্তা লম অদুমক্তদা চংনরিবা অরা-মুংঙাইগী চাং অমস্থুং থবক শুরিবা মীশিং অদুগী লৈনথিবা লমচংশিংনস্থু লেপ্পী।

অকক্নবা লৈবাক অমগী অকক্নবা মতমদা ফংলিবা হিংবদা চংদবা য়াত্রবা পোংশিং অদুগী চাংচং অদু ঐখোয়না লেপ্প ঙম্মী। থঙগদবা অমনা থবক শুরিবা মীওইশিং অসি নোংমদি শিবা শোয়ত্রবনি। শি-ত্রিতৈ মতমদস্থু থবক শুবা মতমদা মখোং মথুং শোক্লকপা য়াই, ভংখিবা য়াই, চহি য়ামদুনা মপাঙ্গল শোক্ষরকপা য়াই। মরম অদুনা মখোয়শিং অসি মতম থরা লৈরগা মাংশিনি। তেক-কারদুনা নত্রগা শিশিকুনা মাংখিবা লেবর পারায়শিং অসি হন্জিনগে হায়রবদি চপ মান্নবা ইনৌ-নৌবা লেবর-পারায়শিংনা মহুৎ শিনবা হাযবসি মশানা তারবা য়াকন্নি। অদু ওইরবদি মহুৎ অসি কনানা শিনগদগে? লেবররশিং অসিগী চাশিংনা মহুৎ শিনবা তাবনি।

থুংস্থুমস্তনা হিংজরিবা মীশিং অসিগী চংদবা য়াত্রবা পোংশিং অসি থবক শুরিবা মুপা অদু হিংনবা হোংনবতা নত্তনা মহাকী মহুৎ শিনগ:দৌরিব: মচা-মতশিং য়াওনা থাক্লবা উপায় লৈগদবনি।

Hence the sum of the means of subsistence necessary for the production of labour-power must include the means necessary for the labourer's substitutes, i.e. his children in order that this race of peculiar commodity owners may perpetuate its appearance in the market. [১]

হিংবদা তঙায় ফদনা চংদবা য়াত্রবা মকক্লবা পোৎ খরা অদুগী ভেল্যুনা লেবর-পাৱারগী অদুগী ভেল্যু লেপ্পি। (The value of labour-power resolves itself into the value of a definite quantity of the means of subsistence). মসিনা অদুনা থবক শুবা মী অমনা হিংবদা চংবা পোৎশিং অদু থেন্নরকপদগী নত্রগ পোৎশিং অদু শাবনা চঙবা লেবরগী চাং থেন্নরকপদগী লেবর পাৱারগী ভেল্যুসু থেন্নরকই।

মী অমগী হিংননবগীদমক্তা চংবা তঙাই—ফত্রবা পোৎশিং অসি থম্ কুপ্পা য়েংলুরবদি পোৎ খরদি লুংতিগী দরকার ওই। থুদম ওইনা চিজ্যাক, চেং-হৱাই, শীংনচিংবা। অদুগা পোৎ খরনা খরা কুইনা চৎলি, থুদম ওইনা ফিরোল, কাংথোম্নচিংবা। মসম অদুনা পোৎ খরদি লুংতিগী নৈবা তাই, খরনা চয়োলগী ওইনা নৈবা তাই; খরনা থাগী ওইনা শিনবা তাই, খরা অমনা চহীগী ওইনা শিনবা তাই।

লুংতিগী চঙদবা য়াত্রবা পোৎশিং অদুনা 'A' না মহুৎ শিন্নখদি, চয়োলগী ওইনা চঙবা পোৎশিং অদুনা "B" না মহুৎ শিন্নবদি; থা অদুম থুদিংগী চঙবা পোৎশিং অদুনা "C" না মহুৎ শিন্নবদি, নোংমগী মী অমগী চঙগদবা পোৎ অমগী চাংচৎ অদু মথাগী ফোর্মুলা অসিনা থোৎপা য়াই।

[১] Karl Marx: Capital. Vol. I. p. 168

## কেপিটেলিজম অমসুং সোসিএলিজম

$$\text{নোংমদা চঙবা পোৎশিংগী চ:চৎ} = \frac{365A+52B+4C+\&}{365}$$

মরম অদুনা ফোর্মুলা অসি পানশিল্লগ, নোংমদা চঙদবা য়াত্রবা পোৎশিং অদুগী চাংচৎ ঐখোয়না হোৎপা ঙম্লে। হায়রিবা তঙাম্ন কত্রবা নোংমগী চঙদবা য়াত্রবা পোৎশিং অসি শাবদা খুম্নাইগী পুং ৬ (তরুক) কী খুৎসুনি হায়না খল্লসি। পুং ৬ শুবা অসিনা মোংমগী লেবর-পায়ারগী ভেল্যুনি। নোংমগী পুং ৬ কী খুৎসুমল অসি চাং-চৎতা লুপা অহুমনি হায়না লৌরবদি লুপা অহুম অসি লেবর পায়ারগী নোংমগী ভেল্যুনি।

লেবর পায়ারগী খাইদগী য়ামদবা মমলগী ওগথৈ অসি ওঙাম্ন কদনা চঙদবা য়াত্রবা পোৎশিং অদুগী মমলনা লেপ্লি মরমদি থবক শুরিবা মীশিং অসি চয়া হেনবা তারবদি হংয়ংদি মহাক থবক শুবা ঙম্লোই। পোৎশিং অদু শাবদা চঙবা মতমনা পোৎশিং অদুগী মমল লেপ্লি। চাংচৎতা পোৎ অদু শাবদা মতম শাংনা চঙলবদি, পোৎ অদুগী মমলসু য়াম্লৌ; মতম খজিক্কং চঙলগনা মমল হট্টে।

হৌজিক ঐখোয়না অমুক নৈনবা য়াই—মহুদি থবক শুবগী খোঙং অসিদা করি করি চঙবগে? চঙদবা য়াত্রবা অহুমনি। অহানবদা থবক শুবা চঙই। অনিশুবদা থবক শুননবা অহিংবা পোৎশিং (raw materials) চঙই। অহুমশুবদা পোখোক পুখোক্নবা খুৎসু-খুৎ-লাই চঙই। খুদম ওইনা য়োংখম অমা চনগে হায়রবদি উ-শুবা লৈবা তাই, উ-য়া চঙই অদুগী মথক্তা পাইজা, হোয়াই অমসুং আয়ামদায়নচিংবা খুৎসু-খুলাই চঙই। চঙলিবা মচাক উ (subject of the work) অমসুং পাইজা, অরামদার, থেঙ্গুনচিংবা খুৎসু খুলাইশিং (instruments of labour) অসি পুম্না পোখোক

## কেপিটেলিজম অমসুং সোসিএলিজম

পুথোক্নবগী পাকৈ ( means of rroduction ) নি। য়োংখম শাবদা চঙলিবা খুৎসু অহুবুনা প্রদক্তিভ লেবর ( productive labour ) কৌই।

কেপিটেলিজমদা ফেনোমেনা ( phenomena ) অনিথক মশক উৎলকই। অহানবা ফেনোমেনানা অসিনি,— থবক শুরিবা মীশিং অসি সেঙাও পায়রিবা সুপা অহুগী মথা পোনস্রে। মাগী মথাদা লৈরবনিনা কেপিটেলিস্ত অহুনা থবক অহু ফজনা নত্রগা ফজদনা ভৌত্রা হায়বসি কুপ্পা য়েংশিনবা হৌরক্লে। খুৎসু খুলাইশিং অসি মশাগী হৌনবী তুমশিন খোংচিনবা নত্তনা তেক্তা কায়দনবা কুপ্পা য়েংশিনবা হৌরক্লে। অহুংগা পোৎচাকশিং অহুসু অরেম্বদা মাঙখিদনবা হোৎনয়ক্লে।

অনিশুবা ফেনোমেননা অসিনি,— পুথোরকলিবা পোৎশিং অসি খুদম ওইনা য়োংখম বাংখোলনচিংবা অসি মখুৎতক্তা শাজরিবা মীশিং অহুগী ওইদে। কেপিটেলিস্ত অহুগী মপোৎনি। অহুগীসু মথক্তা নোংমগী খুৎসুমল পিথোক্লবদি মপু অহুনা থবক শুরিবা মী অহুনোং-ঙানবদগী সুমিৎ তাবা কাউবা শিজিন্নবা য়ারে। খুদম ওইনা নংনা শগেংলা অমা নোংমগী অরাইমল পিরগা য়াইরুরবদি নঙনা শিজিন্নবা মওংদা শিজিন্নবা য়াই। অসুরথামাদা নোংমগী চারা থাজরিবা সুপা অমনা খোং হেক থাংজিনখিবদা কেপিটেলিস্ত অহুগী অরৈবা মীনাই হায়বস্ত ওইরবনি।

## কেপিতেলিজম অমসুং সোসিএলিজম

## (৩)

# অহেনবা ভেল্যু পুথোকপা

## ( The production of surplus value )

কেপিতেলিস্তশিং অসিনা পুথোক্লিবা পোৎশিং অসি কায়বা লল্লোনপোৎ ভাক্কুনি। খুদম ওইনা, খোংউপ বুটশিং ফি-রোল শাড়ী নচিংবা। সেক্তাও পাইবশিং অসিগী মরু ওইবা পন্থুংফম অনিথক লৈ। অহানবদা পুথোরক্লিবা পোৎশিং অহু য়োনবদা শিংকদবা লল্লোনপোৎশিং ওইগদবনি। অনিশুবদা পোৎশিং অতুগী মমলনা খুৎশুমল শীবদা চংখিবা অমসুং খুৎসু খুলাই লৈবদা চংখিবা মমলশিং অহু হল্লিনবত্তা নত্তুনা অহেনবা শেন্দোংসু য়াওগদবনি।

মথক্কুসু পনগে, পোৎ অমগী মমল লেপ্পা হায়বসি পোৎ অহু শাবদা চংলিবা লেবর অতুনা লেপ্পী—। লৈরিবা সমাজ অতুগী লৈরিবা ফিভমদা পোৎ অহু শাবদা মতম কয়া কুইনা চংবগে হায়বা অহুনা পোৎ অতুগী মমল লেপ্পী। খুদম ওইনা লশিংদগী ফি শাই। লশিং সের ১০ অসি লুপা ১০ দা লৈরে হায়না লৌরসি। ফি শাগদৌ-রিবা য়োংখম অতুগী অতেক অকায় থোক্লকপগী শেমশিন শাফিঘগী মমলনা লুপা ২ নি হায়না থল্লসি। হৌজিক ফাওবদা পুল্লা লুপা ১২ চংখরে। লুপা ১২ গী সনাগী চাং অসি ফংগে হায়রবদি নোংমদা পুং ১২ শুবগী চাংদা সুমিৎ ২ (নিনি) চংভি হায়না লৌরসি। পুং ৬ কী খুৎশুমল লুপা ৩ ওইরবদি সুমিৎ ২ গী লুপা ১২ নি হৌজিক ফাওবদা ঐথোয়না উরিবা অসি লশিং লৈবা অমসুং য়োংখমগী অতেক অকায় শেম্বা ফাওবদা সুমিৎ নিনিগী খুৎশুমলগা মান্নে হায়বসিনি। লশিংগা য়োংখমগগী মপাম্না য়োনবদা শিংপা লল্লোনপোৎ ফি অসি শাগদৌরিবনি। ফি শাবা অসিদা য়াম্না চেকশিনগদবা রাকম অমসু

লৈরি। মতুদি লশিং সের অমনা ফি অমা শাবা ওক্লবদি ফি অমদা লশিং সের অমদগী হেন্না চংদনবা হোৎনগদবনি। লৈরিবা সমাজ অতুগী ফিভমগী মতুং ইন্না ফিশাবী অমনা চা'চৎতা পুং ১ দা ফি অমা শ বা ওম্মী হায়না লৌরসি। অতু ওইরবদি পুং ১২ দা ফি ১২ শাবা ওমত্রবদি নোংমগী লেবরনি হায়না লৌদ।

মথাগী থুদম অসি য়েংসি। পুং ১ দা লশিং সের ১½ না ফি সের ১½ লুম্বা অমা পুথোকপা ওল্লবদি ফি সে ১০ লুম্বা অমা পুথোকে হায়রবদি পুং ৬ কী লেবর চংঙি।

মথক্তসু পনখ্রে মতুদি মী অমগী নোংমগী থুৎম্নমল অসি লুপা ৩ নি। হৌজিক্তি ঐথোয়না খংবা ওমলে,— লশিং লৈবগা থুৎম্নথুৎলাই তেক কায়রকপগী মমলনা তুমিৎ নিনিগী লেবর চংঙি। অতুগা লশিংদগী ফি ওন্থোকলকপদা পুং ৬ চংঙি। তুমিৎ নিনি মথাইগী (পুং ১২+পুং ১২+পুং ৬) লেবর অসি লুপা ১৫ গা মান্নে। মরম অতুনা ফি সের ১০ গী মমল অসি লুপা ১৫ নি। হায়রিবা মমল অসিদা কেপিতেলিস্ত অতুনা ওকেনা মতিং লাওথোক্লকই। মরমদি লশিংগী লুপা ১০+থুৎম্ন থুৎলাই মম্বরকপগী লুপা ২+লশিং অতু ফি ওন্থোকপদা লুপা ৩ পুন্না হৌজিক্তি লুপা ১৫ চংখ্রে। কেপিতেলিস্ত অতুনা লুপা ১৫ পুথোক্লগা লুপা ১৫ পিবা পোৎ অমা য়োনবা তারবদি মাগী শেন্দোং শম্না অমা ফাওবা য়াওত্রে। সেঞ্জাও পাইবা অমনা মী নেক্লগা য়ুম অমা শাহনবদা চংবা লৈশাগা, য়ুম অমা মীনা শাবা পুমলোই লোইরবা অমা লৈবগা মমল চপ মান্নবা অসি উবদা মঙোন্দা মুংঙাইবা হায়বতু লৈত্রে। হৌজিক্তি কেপিতেলিস্ত অতুমমঙক কনবা হৌরক্লে। সংসায় অসিদা লাইরবা কয়ামুক লৈ হায়বসি মহাক্লা খংই। লাইরবা অতগী লৈজরিবদি মুপগী হমাং তাজরগা শুজনবা

## কেপিতেলিজম অমসুং সোসিএলিজম

পাম্বোমত্তমক লৈরে। অমরোমদা কেপিতেলিস্ত অম্বগীদি পৈশা লৈরে, থুংস্নু-থুংলাই লৈ, লশিং লৈ। ময়াম অসিগী মপু ওই'রবা মতাক্লা চেন্না কংক্ম থোক্তুনরা হায়না মশা মতোমদা হংরে। মতাং অসিদদি কেপিতেলিস্ত অত্থনা মথা শাহুনা অহিং তুম্বা য়াদে।

ঐখোয়না হান্না থেংনখ্রে মথুদি রাকের অমনা পুং ৬ শুরগা মাগী নোংমগী হিংনবা পোংথশিং অম্থু লৈবা ওকই। মহাক্কী নোংমগী থুংস্নন লুপা ৩ নি। কেপিতেলিস্ত অত্থনা য়াম্না মুন্না থন্নবা মতুংদা নোকখোকল ক্ল। মী অমনা পুং ৬ শুরগা হিংবা ঙম্নবদি পুং ১২ করিগীদমক থারাইদোরিবনো? রাকের অমবু নোংদা লুপা ৩ পিত্থনা লৈনবদি, মহাকপু মুমিং চুপ্পা অমা থবক শুহনবা ঙায়বসি মহাক্কী অধিকারনি। মরম অত্থনা পুং ৬ কী থুংশুমন পীখোক্লগা পুং ১১ গী থবক শুবা হোইহল্লে।

লশিং সের ১০বু সের ১০ লূম্বা ফি পুথোকপদা পুং ৬ চঙ-লবদি, সের ২০ গী ফি শাবা তারবদি লশিং সের ২০ চঙগনি অমসুং পুং ১১ চুপ্পা শুবা তাই। লশিংগী মমল, থুংস্নু থুলাই তেক্কায়-থিবা শিনবগী মমল অমসু ফি ওইনা ওন্থ্রকপদা চঙবা লেবর মমলশিং অসি পুন্না পাশিল্লবদি মুমিং ৫ নিগী লেবরগী মমলগা মান্নে। মত্থুগী মসুং মুমৌং ৪ নিগী থুংস্নুমলগা লশিং লৈবা অমসুং য়োংথম শেম্বগী মমলগা মান্নে। লেমহৌরিবা অসিনা ফি শাবদা চঙবা লেবরনি। মসি ইচম চম্বা সনাগী ভেল্যুদা ওন্থ্রবদি মুমিং ৫ নিগী থুংশুমল অসি লুপা ৩০ নি (পুং ১২ দা লুপা ৬ পিবা মরম্না মুমিং ৫ নিগী পুন্না লুপা ৩০ নি)। অমরোমদা ফি অত্থু তশেংনা শাবদা চঙ-থিবনা লুপা ২০ নি। মরমদি লশিং লৈবগা য়োংথম শেম্বগা পুন্না মুমিং ৪ নিগী লেবরনি। মসীগী মমলনা লুপা ৬ × ৪ = লুপা ২৪ নি।

ফি ওইনা শাবগী খুৎশুমল লুপা ৩ হাপচিল্লবদি পুম্না লুপা ২৭ নি। মরম অদুনা ফী অদু লুপা ৩০ দা য়োল্লবদি লুপা ৩ ভোংলে। চায়রিবা হেঙ্গৎলক্লিবা লুপা ৩ অসিবু অহেনবা ভেল্যু ( Surplus value ) কৌই। মার্কসকী লেসম ভোরিবা শেন হায়্না লৈরবা ভেল্যু অদুদা হেঙ্গৎলক্লিবা শরুক অদুবু মার্ক্সনা অহেনবা ভেল্যু কৌই।

হৌজিক্তি ঐখোয়না খঙলে লেবর পারারগী ভেল্যু অসি লাল্লোন পোৎ থুদিংমক্কী ভেল্যুগুম্না লেবর পারার পুথোকপদা চঙদবা য়াদবা ( হায়বদি শিন্মী, মাগী চুপী অমসুং মচাশিং থাকপগী তঞ্চমল ) সমাজ অদুগী তৌক্তম থোকপা লেবর তাইম ( labour time ) অদুনা লেপ্পী। শিন্মী অদুনা পুং ৬ শুরকপা মতমদা লেবরর অদুনা মশা থাকপা কোম্লনবা অচঙমল অদু পুথোক্লবনি। মথংগী পুং ৬ অদুদা মহাক্না পুথোক্লিবা অদু অহেনবা ভেল্যুনি। মসিগীদমক্তা কেপীতেলিস্ত অদুনা মমল পীব্রবনি।

কেপীতেলিজমদা শরুক অনিথক ময়েক শেংনা খঙদবা য়াদে। অহানবদা হোঙবা নাইদবা কেপীতেল ( capital ) হায়বা অকক্লবা শেল থর মেছিন, খুৎশু খুলাই, অজিঙবা পোৎচাকশিং লৈবদা চাদীং তৌই। মসীগী ভেল্যু অসী করীমত্তা হোৎদনা শারীবা পোৎ অদুদা খঙদোকখী ( অমুক্তদা নক্রগা মচীৎ মচীৎ ওইনা )। অনীশুবদা হোঙবা নাইবা কেপীতেল ( variable capital ) হায়বসী লেবর পায়ার লৈবদা চাদীং তৌই। থবক শুবগী মতম শাংদোকপা নক্রগা তেনশীমবদগী কেপীতেল অসী হোঙবা নাইরীবনী। মসীদা অহেন্না ভেল্যু শেম্মী। মরম অদুনা লেবর পারার নৈহৎপগী চাং কোংদোক-পদা সুপ্নগী অহোঙবা সেক্সাও অদুগা চাংদন্নগদবনী। মতৌ অমুম্না

## কেপিতেলিজম অমসুং সোসিএলিজম

মথক্তা পীগ্রবা খুদমশিং অসি য়েংলুরবদি অহেনবা ভেল্যুগী চাং অসি ৬:৬ হায়বদি ১০০% ওইগনি । কেপিতেলিজমদা লেবঙ বয়াবু তুহৎ-নৈহৎপিবা মরম্না সোসিএলিজম শোয়দনা লাকনি, হায়না মশা পী । মরমদি তুহৎ-নৈহৎপা অসিদু য়ানিংদবা মী কয়া কয়া নৈরিবনি । য়াখল থনবা ঙম্বা মীওই খুদিংমক্কা খুন্নাইগী ওইনবা চাওথংমিন্নবা, মী অমনা মী অমবু শৎ-নৈদবা সমাজ অমা পুরক্নবা হোৎনবা হায়বসি ঐখোয়গী তৌদবা য়াদ্রবা থৌদাংনি । কেপিতেলিস্ত খুন্নাইদগী সোসিএলিস্ত খুন্নাই পুরকপদা ইস্তেলেকচুয়েল অমসুং মোরেল কোর্স ওইগদবা অমদি থবক ওইনা পাঙ্থোক্কদবা মীওইদি শিগ্নী লৌমীনি ( প্রোলিতরিএতনি ) । প্রোলিতরিএতপুদি কেপিতেলিজমগী সিস্তেম অসিনা অতুম ত্রেনিং পীজরবনি । মখেথংদা প্রোলিতরিএতনা নৈঙাক্লোনগী শক্তি খুত্থম চন্নবা হোৎনবা তাবনি । পোথোক পুথোকপগী পান্থে অসি মী খুথোক থনতনা পাম্নবগী মহুত্তা খুন্নাইগী ওইহল্লকপা হায়বসি মীয়ামগী তৌদবা য়াদ্রবা থবক্নি । কেপিতেলিজমগী মথাদা তুহৎ-নৈহৎপা ময়াম অসিবু থাংজিনা তুমজিনা নৈবগী মহুত্তা ঐখোয় মীৎনপা থোকপা মতম ওইরে ।

খুন্নাইগী য়াইফনবগীদমক্তা ইন্থং-তত্তনা লাউরিবা খোল্লাও

" নৈবাক পূন্নমক্কা লৌমী-শিন্মীশিং, পুল্লসি ! "

লোইরবা

# অরানবা চুমথোকপা

| লমায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১ | ১০ | ফিলোসোফি | ফিলোসোফি |
| ২ | ৩ | মরাম্না | মরাম্না |
| ২ | ৫ | মীরেং | মীৎরেং |
| ২ | ১০ | ওইজবা | ওইজবা |
| ২ | ১৫ | পুথোক্কবা | পুথোক্কবা |
| ৩ | ৮ | শতানবা চৎরম্মী | শাতানবা চংনরম্ম |
| ৪ | ১৩ | নাপাক | নাকপাক |
| ৪ | ১৮ | সসার | সংসার |
| ৫ | ৬ | শুশিত্তগী | শুংশিত্তগী |
| ৫ | ৯ | মচাশিং | মচাশিং |
| ৭ | ১৯ | আইদিএলিষ্ট | আইদিএলিষ্ট |
| ৯ | ৪ | শংচুমশুদবা | শংচুমশুবদা |
| ১০ | ৮ | শতানবা চৎরম্মী | শাতানবা চংনরম্মী |
| ১৪ | ১৩ | য়েবা | য়েংবা |
| ১৫ | ১০ | ইংলণ্ড | ইংলণ্ডগী |
| ১৬ | ১৪ | নতম | মতম |
| ১৬ | ১৬ | মিৎাক | মিচাক |
| ২৭ | ১ | খবা | খঙবা |
| ৩৩ | ৪ | কদইদম্ব | কদাইদম্ব |
| ৩৩ | ৬ | comic | cosmic |
| ৩৯ | ৩ | ছন্দোকই | ছন্দে কই |
| ৩৯ | ৮ | অদুদগী | অংদগী |
| ৪৫ | ১৭ | ceses | cases |
| ৫৭ | ১৬ | কিভম | কিজ্ঞনদা |
| ৫৯ | ১৫ | Tde | The |
| ৬০ | ১৩ | নমথননবা | নমথনবা |
| ৮২ | ২২ | অহুমমঙক | অহু মঙক |
| ৮৩ | ৯ | ওইরোইদোরিবনো | গুরোইদোরিবনো |
| ৮৪ | ১৮ | খঙদোকখী | চঙথোকখি |

সোসিএলিষ্ট লৈবাকশিং অমসুং নোংচুপ
লৈবাকশিংদা কোংবা সোসিএলিষ্ট
লিটেরেচরশিং কংবিশনি।

**PEOPLE'S BOOK CENTRE**
**C/o People's Printers Paona Bazar, Imphal-795001**

[illegible]